# Eigi Wakat

A bouquet of Poems by- ***E. Sonamani Singh***
and published by - ***Kamalasana Rajkumari***
for Manjit Publications, Moirangkhom Loklaobung, Imphal.

**Copies - 500**


*ফোঙ্দোক্চবী* : এলাংবম কমলাসনা রাজকুমারী
মঞ্জিৎ পব্লিকেসন্স, মোইরাংখোম লোক্লাওবুং,
ইম্ফালগীদমক্তা





*কোপী মশীং* : ৫০০
*অহানবা ফোঙবা* : সেপ্টেম্বর ২০০০ ইং
*মমল্* : লুপা ৪০ (নিফু) বক্তনি ।





*নম্ফম* : *সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস*
*মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১*

# ঁএলাংবম বারুণী সিংহ

(মার্চ্চ ৩০, ১৯১৯—সেপ্টেম্বর ১৫, ১৯৬৯ ইং)

---

"শৈরেং শৈরোল্ খোন্থাংদা
খুৎ পায়না চিংশিন্‌বিখিবা
হে তাচৌ !
নঙোন্দা তম্‌জবা
নীংশিং খুদোল্‌নি
'ঐগী ব্রাকৎ' অসি"

## ৱাহৈ অমতং

শৈরেং ইজনিংই, পাজনিংই; শৈরেং পাজবদা মখৈ লৈতনা নুংঙাইবা ফংজৈ। শৈরেংদি মন্ত্রনি। মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা শৈরেংনা হৌজখি, পোলোইসু শৈরেংনা ওইগনি। ইরিবা খুদিংমক্ পাবিবশিংগী মাঙ্দা উচ্চনীংই। শৈরেং লাইরিক্ খরা ফোঙ্জখ্রে—পাবিবশিংগী মাঙ্দা থম্জখ্রে। পাবিবরা পাবিদবরা খঙ্দে, থাগৎপা—থাদবা কনাদগী তাদে। পাবিরম্দবসু য়াই। অদুবু শৈরেংদি ইশাগী ওইরবসু ইথন্তা পাজবদা নুংঙাইবা পোক্চৈ। মতম্ মতম্গী থম্মোয়গী ঈহুল্ খরদং খোম্জিঞ্জহৌবা শৈরেংগী অপীক্পা লাইরিক্—'ঐগী ৱাকৎ' খ্বাইমাঙ্দা থম্জরে য়েংবিনবা। পাবিবা কনাগুম্বনা য়েংবিরগা ৱারক্পিরক্লবদি নুংঙাইজগনি।

ইম্ফাল,
সেপ্টেম্বর তাং ১৭, ২০০০ ইং

সোনামণি সিংহ

# য়াওরিবা



ঐগী য়াকং

# (১)

## করম্না ওইরোই শিদবা

অশিবা ঐ ওইরে ঙসিদি শিদবা
মাঙ্বা নাইবনা ওইরে মাঙ্নাইদবা ;
কনানা হায়রিবা ঐবু অমর নত্তে
কনানা হায়রিবা ঐ শিদবা নত্তে ?

ঐনি মীওইবা ঐ ময়াম্না পূন্বা ঐ,
তাইবঙ্ মীনি ঐ, ঐ ময়াম্না ওইবা ঐ ;
মীওইবা পুন্সি খোঙ্চৎ অমনি ঐগী
অহিংবনি হায়নৈ খোঙ্চৎ অসি ঐগী ।

পূন্না চৎমিন্নবা ঐগী পুন্সি খোঙ্চৎ
মতম্ মতৃংইন্ ওইরক্ই নায়তোম্ খোঙ্চৎ,
ঐখোয় তরুক্পী ঐ, পূন্না লাকমিন্নবা
থাংমিন্নরি খোঙ্থাঙ্ পূন্না ঐখোয় পূন্বা ।

অপাম্বা মান্নদে লম্বীসু তিন্নদে ;
অথাপ্পা অনক্পা খেন্নবসু খঙ্দে,
মহৈ মহৈ চৎনীংলক্ই তোঙান্ তোঙান্
হায়নরক্ই চৎনরসি নায়তোম্ নায়তোম্ ;

নুংশিৎ ঐ চৎলগে নুংশিৎকী লম্বীদা,
ঐসু লৈহৌরগে মৈগী লম্খাইদা ;
ঐসু চেম্হুজরে ঈশিংগী ঈপাক্তা
লৈবাক্ ঐনা পল্হৌরগে লৈবাক্লক্তা ;

নায়তোম্ তার’ আকাশ ঐ, তিল্লে আকাশতা;
ইথন্তা ঙায়র’ মি ঐ, চৎলে মি-লক্তা ।
নায়তোম্ নায়তোম্ চৎনৈ ঐখোয় লমথুং তম্না
নঙ্ ঐ মা ’মত্তা ওইনা তিন্নফম্ তান্না ।।
মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক্, ’তিয়া, মি পূম্বা
মাঙ্নাইদ্রবা ঙাক্তনি মাঙ্নাইদ্রবা ;
অপূনবদি কায়রে, নায়তোম্ নায়তোম্ তারে,
অদুবু ঐদি শিদে ঐদি শিদে ।
মাঙ্খিবা য়াই, ওন্খি’ য়াই লৈবাক্না ঈশিং,
ঈশিংনা নুংশিৎ, নুংশিৎ’ মৈ, মৈনা ’তিয়া,
অতিয়াসু ওন্খিবা য়াই অহাঙ্বা,
অহাঙ্বসু ওন্খিবা য়াই অমম্বা ।
ওন্খিবা তিন্খিবা খুদীংদা ঐসু
য়াওরি, খুদীংদা মিগা লোয়ননা ঐসু ;
অহাঙ্বা আকাশতা মাঙ্নাইদ্রবা ’তিয়া
অরোই’দা ওইরে ঐ, মাঙ্নাইদ্র’ অমম্বা ।।
করম্না হায়নি ঐবু শিদবা নত্তে,
কনানা হায়রিবা ঐবু অমর নত্তে ;
করম্না ওইরোই অশিবা ঐ শিদবা
লৈরবদা ঐনা মাঙ্নাইদ্রবা লক্তা ।
হৌরক্‌ফম্’ ঐ লৈ, ওই’ ’মম্বদা ’ম্মবা
পম্লুংফম্’ ঐ লৈ, ওই’ অহাঙ্বদা ’হাঙ্বা ;
অঙান্বদা ’ঙান্বা, হাঙ্দবদা হাঙ্দ’
লৈরি ঐ মতম্’ শরুক্ ’মদা লোইনাইদ’ ।
আকাশতা ঐ লৈ, মৈদা ঈশিংদা ঐ লৈ
নুংশিত্তা ঐ লৈ, লৈবাক্তসু ঐ লৈ ;
মফম্ পূম’ থুংনা তৎন-থানদ’ লৈবা
করম্’ ওইরোই ঐ হায়নরিবা শিদবা ।।

১৭/৭/১৯৭৩ ইং



* ইং ১৯৯২ মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ মীফম কবি সম্মিলনিদা পাথোকখিবা ।

# (২)

# নীংশিংঙু অমুক্তা

করম্বা মতম্‌দা
নঙ্গা ঐগা
উনখিবগে
নীংশিংঙু অমুক্তা !
নুমিৎ অদু ঐদি
ঙসি ফাওবা
কাউদরিদো,
নীংশিংঙু অমুক্তা ।
মীনদি হায়নৈ
যুগ কয়া হৌখরে,
'দুবু ঐঙোন্দদি
ঙসাইতনি,
নত্তে, হৌজিক্তনি
উনখিবা
নঙ্গা ঐগা ।
করিনোনে
নঙ্না হায়রিশিবো ?
মপোক্‌ কয়া
ওল্লুরে হায়বা ?
লাংওন্‌ কয়া
হন্না হন্না
পোক্লুরে হায়বা ;
অসি নত্ত্রা ?

মশীং থীঙমদ্রবা
কুম্জা কয়া
হৌখরে, ওন্খরে
মন্বন্তর কয়া ;
যুগ কয়া কয়া
ওন্খিবনা –
যুগকী চৎনবী
যুগকী ৱাখল্
কয়া কয়া
থৱায় হক্চাংদা
চূখরে, তিন্খরে ;
মদু মক্লা
ঐবু নঙ্না
ঙম্দরে খঙ্বা
অশিমক্লা ?
নঙ্না থিরিবা
ফংঙমদ্রবদো
উর' মক্তা
কনানো হংলিবা
তশেংন' খঙ্দ্রবা ?
নীংশিংঙু, নীংশিংঙু
অমুক্তা, নীংশিংঙু,
চৎখিবনি
ইমাঙ্ মক্তা,
থিরুগে লেঙ্দবা
কৈদা লৈ ওন্দবা
হোংদবা, অরেপ্পা ।
'দুবু ঐদি নঙ্বু ।
তশেং তশেং' খঙ্ই ;
শুক্কাউ কাউদে

শুক্কাউ কাউদে
নঙ্গা ঐগা
উনখিবা ॥
মীওই' লাংওন্ কয়া
জীবৈই মপোক্ কয়া
কাল চক্র লৈয়রিবা
তত্তনা চৎলিবা
লেপ্পা লৈত' মতম্,
তত্তনা ওল্লিবা
যুগ, অচিক অশা
অহিং নুংথিল্ চয়োল
থা, চহি কুম্জা
পূন্নমক্, লেঙ্দবা
ঐঙোন্দা 'মত্তনি
হোংবা লৈতে
ওনবা নাইদে
খোঙ্চৎ নত্তে ।
নীংশিংঙু অমুক্তা
করম্বা মতম্দা
উনখি কৈদা
নঙ্গা ঐগা ?
খল্লু, মুন্না খল্লু
লেপ্পা লৈত' খল্লু,
মতম্ পূম্বা খল্লু
অতৈ 'মা খল্লুনু
পুক্লীং অনি লোঙ্দা
নীংশিংঙু, নীংশিংঙু,
অমুক্তা নীংশিংঙু ॥

২৭/৭/১৯৯০ ইং

# (৩)
# মালেম্ তাইবং অশেংবনি

ঐনি অহৌবা লৈতবা
অরোইবসু নাইদবা
মপাল্ নাইদবা অতিয়া ।
নোংমা উখি ঐহাক্না
অতিয়া অরোই' ঙম্খৈদা
নুপা অমা নোংখোং কোয়বা ।
চৎলি ঙম্খৈগী লম্বীদা
য়াম্না থুনা হন্না য়েংদা;
হংলু'দা খুন্নক্খি মানা,
মমায়দি ওন্শিল্লক্কে
খোঙ্চৎকী য়াঙ্বা হন্থদে,
"তরেৎলক্ কোয়দৌনি ঐ
শিদবগী য়াথংনি
মালেম্গী ফম্বাল্গীনি ।"
"ঙম্খৈ নাইদ'বু নাইহনবা,
য়ৌঙম্দববু য়ৌহন্বা,
অহৌ' লৈতবৈ হৌরক্ফম্
অরোই' লৈতবৈ লোইশিন্ফম্ !
নহাক্কী পাম্দবরা
মালেম্গী ফম্বাল্ অথোইবা ?"
"করিগী পাম্লোই অদুদি
পোক্ঙম্দ্রবা মপোক্কী
ব্রহ্মা মক্না পাম্জবনি ।"
"কনানা হায়রিবনো
তাইবংসিদি মায়ানি

মায়ানা পান্‌বা মালেমনি
তাওরুনু মায়া ঈপাক্তা ।”
“মায়াসিদা লৈ’ নুংঙাইবা,
মায়াসিদা য়াওরি ’ৱাবা,
’ৱাবা খঙ্‌দ’ নুংঙাই খঙ্‌ব্রা ?
নুংঙাই’ লৈত’ অৱা’ লৈব্রা ?
মায়া লক্তা তাইবং মালেম্‌
মালেম্‌গী ফম্বাল্‌ অশেংবনি,
নুংঙাইবগী তৃংনফম্‌নি
মদুতবু ফংননবা
নোংখোঙ্‌বু কোয়রিবনি ।”
“অহৌ’ অরোই’ লৈতবা
মায়াগী ৱাংমদা লৈবা
লেঙ্‌দবা শিদবা’ ঙোন্দা
অৱা-নুংঙাই চপ্‌মান্নে
খঙ্‌দে করিনো নুংঙাইবা
খঙ্‌দে করিনো অৱাবা ।
খঙ্‌দবদো খঙ্‌নীংই ;
পুয়া পুরান্দা য়াওরি
তাইবংদা মানা শায়োল্লি ;
লেঙ্‌দবনা শিদবনা
তাইবং লীলা শান্নবা
মায়া মহাও খঙ্‌নবা
অবতার তৌই মালেম্‌দা
লোয়নরক্‌ই যোগমায়া,
পুবীরকই নোংথাং লৈমা,
শুক্ষৎনবা হারাবা ।
করিগী পাম্লোই মালেম্‌
ফম্বাল্‌ নুংঙাইবনা থন্‌বা ;

তাইবং ৱাংমদা ফংঙম্‌দবা ;
মদুগীদমক্তা কোয়রী
নোংখোঙ্ তরেৎলক্‌হন্না ।
হায়নৈ অখঙ্ 'হৈ কয়ানা—
পঙ্‌ন পাল্লি তাইবংপাল্ —
ঙসি শিনি পাউচেন্দে
হয়েং শিনি পাউতাক্তে
অরাম্ খৌরাং চাক্তাংবা
অৱা অনানা থল্লবা
মালেম্‌নি শান্তি লৈত্রবা ।"
ঈশ্বরনা পীখিদবা
শান্তি নত্তনা, পূম্নমক্
ফংলবা মালেম্ তাইবঙ্ ;
নুংঙাইবগী তূংনফম্‌নি
ফজবগী লৈফম্‌নি
মী-লাই-হিংচাবা কয়া
মিকানৈ মালেম্‌গী ফম্বাল্,
নীংখি ব্রহ্মা যুগ কয়া
পোক্‌চগে মীওইবা ওইনা
মালেম্ ফম্বাল্ ফংননবা ।
তপ্ তৌখি রাবন চহি লীশিং ;
অনন্ত শয্যা য়াহিপ্পা
লক্ষ্মীনা সেবা তৌরিবা
লেঙ্‌দবা হরি বাসুদেব
যুগ খুদীং কূম্লক্‌খি মালেম্
হিংচা য়াইতম্ হাৎলগা
নুংঙাইবতনা থল্লবা
যোগ মায়ানা শেম্লবা

মালেম্‌গী ফম্বাল্ তোংলখি

আযোধ্যা’ রাম কনানো
দ্বারকা কৃষ্ণ কনানো—
গোলুক্কী হরি বাসুদেব
কৃম্লকপনি মালেম্দা ;
রাবন-কংস খুত্তগী
মালেম্গী ফম্বাল্ মুন্‌বনি;
করিগী পাম্লোই, মালেম্
ফম্বাল’, খ্বাইনা মিকানবা ।
মীওইবৈ পুন্সি অরেম্বা নত্তে—
মালেম্ তাইবঙ্ মায়া নত্তে
অশেংবনি মমল্ নাইদবা—
লেঙ্দবা লেঙ্হন্‌বা
অহৌবা লৈতববু হৌহন্‌বা
অরোইবা লৈতববু লোইহন্‌বা
ঙম্খৈ নাইদববু নাইহন্‌বা
মীবু লাই ওইহন্‌বা
লাইবু মী ওইহন্‌বা
পূম্নমক্কা মিহৌরিবা মালেম্—
কনানা হায়রিবনো
মায়ানি অরেম্বনি ?
মীওইবৈ পুন্সি—মমল্ নাইদবনি
মালেম্ তাইবং অশেংবনি
’সিতবু ফংনবা, কোয়রিবনি
নোংখোঙ্ তরৈৎলক্ হন্না ।

২২/৮/১৯৯২ ইং

# (৪)
# ঐগী ৱাকৎ

হে কৃষ্ণ মদনমোহন !
নহাকমক্ লৈনা লৈনা
ঐবু ঙাক্পী শেন্বীনবা
ৱার-তার-মতম্দা ;
নহাক্পু কাউথোক্ হন্দুনা
করিগী নীংশিংহল্লি তত্তনা
অয়ুক্ খুদীং নুংদাং খুদীং
ৱারক্’-নারক্’ মতম্ খুদীং
ঐগী ইচাদো শিখ্রবা
মাবু অমুক উররোইদবা ?
অহল্ ওইরক্পা শোন্থরক্পা কাল
অৱা-অনা চৈনাখোল্ ফংল’ কাল–
পূম্কাউ কাউথোক্লুনা নঙ্বু
ঙাক্পী শেন্বীরিবা ঐবু–
করিগীনো নীংশিংহল্লিবা
ঐগী ইচানুপাদো শিখ্রবা
তাইবঙ্দা অমুক্ উররোইদবা !
হে কৃষ্ণ মদনমোহন
নহাক্মক্ লৈনা লৈনা
ঐবু ঙাক্পী শেন্বীনবা
করিগীনো নঙ্বু কাউহল্লিবা !
মী’-মচানা মপা মমা
সেবা তৌবা উরগা
মী’-মচানা মপা মমা
চৈবা-থাংবা তারুরগা,

ঐবু-করি' কল্লক্‌হল্লি পূক্লীং
ঐবু-করি শাউনীংহল্লি ;
করিগী নীংশিংহল্লি
ঐগী ইচাদো শিখ্রবা !
করিগীদমক্ কাউহল্লি
নহাক্ লৈরি হায়বসি
ঐবু ঙাক্পী শেন্‌বীনবা
তাক্পীনবা, ৱারক্পীনবা ।
হে কৃষ্ণ মদনমোহন
কাউজদে ঐসি, মীনি—
মীওই পোক্তা পোক্লবনি ;
'দুবু করিগীনো নঙ্‌না
নহাক্পু কাউথোক্‌হন্দুনা
অয়ুক্ খুদীং মিকুপ্ খুদীং
শিখ্র' ইচা নীংশিংহল্লি !
নঙ্‌বু নীংশিং' কাউহল্লিবা
ঐবু ৱারক্ পীরিবরা ?
ঐবু চাংয়েংবিরিবরা ?
হে কৃষ্ণ মদনমোহন !
ঐসে মীনিকো মীওইবা
কোক্‌ঙমদ্র' নাপল্‌না থল্লবা—
পূম্নমক্ কাউরবা কাল
ইশা ফাওবা নীংশিংদ্র' কাল—
মাঙ্খ্রবা ইচাই মহুত্তা —
নঙ্‌গী শক্তম্ মাঙ্‌দবা
নঙ্‌গী কোলোই কাউদবা
পীবিরোইদ্রা নহাক্লা
ঐবু ঙাক্পী শেন্‌বীরিবা ;
ঐগী ফনবা খন্‌বীরিবা ?

২২/৮/১৯৯২ ইং

## (৫)
# বসন্ত উৎসবতা রাজর্ষি

য়েন্নীংথা ! ঋতু নিংথৌ বসন্ত
লাক্লবরা অশুক্ কুইর তুংদা,
কুইরেদা নঙ্বু ঙাইহরিবা
সৌরারেন্গী লৈবাক্ স্বর্গে লৈকোন্সিদা ।

বোগীদোৱা-অৱা-ৱাক্চীং উল্লেন্ নংলবী,
মহাবন্দুলা নোংলৈ নুংশিৎনা হুম্দোক্খ্রবী,
পাখাউন্ কানেউন্ অশিৎ-অৱাম্থা নংলবী,
খুন্তাক্ লান্শিরুরবী লৈকোন্নী নাকেন্থা নংলবী ।

অমুক্সু-থাপ্ল' নোংচুপ্ সমুদ্র-দৈ পাক্শন্না
শিংলক্পা কল্ল' থিংঙম্দ্রবা বৃটিশ নোংলৈনা
হুম্দেক্খি হৈপাল্ লৈপাল্ মপান্ মরা ফুক্তুনা
স্বৰ্গগী লৈকোন্সিগী লাইরৈবাক্ অসিদা ।

অদুদসু লাক্খি নহাক্ ঋতু নিংথৌ বসন্ত !
ওক্খি নহাক্পু লৈকোন্সিনা তারাম্-তারাম্না,
অনৌবা য়েন্নীং হুন্ থম্মোয় খুদীং মাল্হৌনা
বসন্ত উৎসবতা নিন্খি মোইবুং-খোঞ্জেল্না ।

থন্খি লাইরৈবাক্সে সংকীর্ত্তনগী খোন্থাংনা
পুং-শেল্ করতাল্ মণ্ডিলা, মতম্ কুইনা তারুদ্রবা,
পৃথ্বি' অনিশুবা লাঞ্জাও নোংলৈ নুংশিৎ নংলবী
মালেম্' মীনা থল্লে লোন্না লৈজবী স্বর্গে লৈকোন্সি ।

মালেম্দা মমিং চৎখি ফজৈদা লৈকোল্ মৈত্রবাক্কী ;
তাঙুলবা হৈরাং লৈরাং কয়া লৈকোল্সিগী
ফুক্তুনা পুখ্রে মখোয়না থিংবিন' লৈত' লেপ্তুনা,
লৈকোল্ শঙ্বনা পঙ্থরিঙে য়াই চারুদুনা ।

থাজিল্লরে নাপীশীংবী মপূ পান্দ্রবা লৈকোল্সিদা
হুম্জিল্লক্নী তত্তনা অমোৎ-অকায় মৈখু-'সিদা
অদুবু লেপ্তে নঙ্দি ঋতু নিংথৌ য়েন্নীংথা
স্বর্গগী লৈকোল্সে হুল্লে য়েন্নীংদি অনৌবা ।

লম্মৈগী তাঙ্গোইলক্তা হাওগী পাম্ মংলক্তা
হানৌনা লেঙ্ লেঙ্ চৎলক্লে নৌহৌননা
মৈনা চাকশ্র' উচূংফাও ময়োল্ চোংলে শংবান্নরে,
য়েন্নীংথা ঋতু নিংথৌ! নঙ্বু ওক্নী লৈকোল্সে ।

শ্রীগোবিন্দ লাইমাঙ্দা বসন্ত উৎসব য়েঙ্গে হায়না
লাইরৈবাক্তগী লাক্খি রাজর্ষি চীংথং খোম্বা,
উরুবদা শেংদ্রবা য়ান্শিন্নর' জগোই খুৎথেক্
তারুবদা তোৎশিন্নরবা শেংদ্রবা শৈহেক্

হুবিশ্রবা মানা থাজরম্বা হৈপাল্ লৈপাল্
উরুবদা নাপীনা থল্লবা স্বর্গগী লৈকোল্
মৈখুলক্নী য়েন্নীং হুল্লক্পদা খুইরুম্লবা
মিত্তগী পি শিন্থখি রাজর্ষি চীংথং খোম্বা ।

অওইবনি পাম্বীনা পুমথরক্লবদা
হুল্লক্খিদ্রা য়েন্নীং তশেং তশেং তগৎ তগৎ ?

১২/৪/১৯৯৩ ইং



* নাহারোল সাহিত্য প্রেমী কবি সম্মীলনি হোটেল এক্সেলেন্সী ।

# (৬)

# করিগী কাউহন্দে নঙ্না

পুন্সিগী য়াচঙ্বা য়ৌরক্লবদা
নীংশিংবৈই শক্তি হন্থরক্লি নোং' নোংমা,
অকাউবতনা ওইরক্লে শরুক্ ঐগী
কাউখ্রে মমিং মথা তিন্নরু' কয়াগী,
নীংশিং' ঙম্দ্রে মরুপ্কী মিং উনা উনা ।
কাউখ্রে মখোয়গী মশক্ খঙ্না খঙ্না ।
কৌবা ঙম্দ্রে মমিং ফান্না তোয়না
খঙ্লবসু মশক্ ঐনা মুন্না ।
কাউশিল্লক্লে হৈখ্রবা ইহৈ কয়া
নীংশিংবা থোক্রে খঙ্খ্রবা কয়া 'মা ;
অশুম্না কাউখি বসুসেন্ কর্ণ
নীংশিংবা থোক্খিদে খঙ্খ্রবা মন্ত্র
কুরুক্ষেত্রগী লুরবা লান্ফম্ য়ায়দা
পুন্সিগী অরোইবা চিরবা লান্দা ।
মসিমক্ থোক্খি কর্ণগী য়েক্লবা
পৃথ্বি ফাওরবা পাণ্ডব পার্থ মশামক্তা,
যদু বংশ মুৎখ্রবা, বাসুদেব
নোংগাখ্রবদা থম্মোয় কায়রবা
কন্থৌরবা পার্থ ওইখ্রে পাঙ্দ্রবা,
খঙ্হৈর' কিরিটি ওইখ্রে পঙ্থরবা,
থৌনা পাঙ্গল্ লৌশিং হৈশিংব-পূম্বা
ঙম্না মাঙ্খ্রে শারথি য়াওদ্রবা পার্থ,
পুদুনা লাক্খি দ্বারকাগী নুপী পূম্বা;
লান্দারক্তুনা লম্বীদা দস্যু শিংনা
মুন্দুনা পুখি যদু শাগৈগী মৌশিং,

মায়থিখি গাণ্ডিব শক্তি য়াওদ্রবা
মহী ময়াই চম্খ্রে, অথোই' খুৎলাই পূম্বা
মন্ত্র নিয়ম্ কাউখ্রবা অর্জ্জুন্ খুত্তা ।
পূম্নমক্ পীবিরা' অমুক্ লৌশিল্লিবা
অহৌ অরোই লৈত' কাল চক্র পায়বা
পূম্নমক্কী তৃংনফম্, হে অরোইবা
লম্থুংফম্, তাইবং শেম্বা নহাক্না
পীবিরে ঐঙোন্দা হৌজিক্ অকাউবা,
লৌশিন্বিখ্রে নীংশিংবগী শক্তি পূম্বা ।
অকাউবনা অৱাবা 'মদি কোক্হল্লে
কাউহল্লে লঙ্জখিবা পাপ্ নীংশিংহন্দ্রে ।
অদুবু,
কাউহন্দুনা নীংশিংজনীংবা কয়া
থম্মোয়দা নুংনাংবা পোক্হল্লে তত্তনা ।
য়ৈরে নীংশিংবা ঙম্দবৈই শীংজানা ।
কাউরে নীংশিংদ্রে নঙ্গী কোলোই ফাউবা
ঐনা তত্তনা শোঞ্জরিবা পাম্জনা ।
নীংশিংজনীংবা নঙ্বু নীংশিংবা ঙম্দা
ৱাহল্লে ওম্চাক্লহল্লে থম্মোয়দা ।
অদুবু করিগী কাউহন্দে নঙ্না
নীংশিংহল্লি মতম্ পূম্বা তত্তনা
ঐ নত্তবা ঐসিনা চাউথোক্চবা
ঐনা তৌরি হায়না লেন্নজবা ।
কাউখ্রবদা নঙ্গী কোলোই ফাওবা
করিগী কাউহন্দে, নীংশিংহল্লি নঙ্না
হক্চাং থম্মোয়গী লায়না, কাওগে খন্খ্রবা
উররোইদৌবা ইচাদো শিখ্রবা ।

৬।৫।১৯৯৩ ইং

# (৭)
# খুৎ

শোক্‌পীরুনু পায়বীরুনু ঈংনা লৈজবা খুৎ,
চিংবিরুনু নৈবিরুনু ঈংনা লৈজবা খুৎ,
লৈমিন্নরক্লবনি মখোয়দি মতম্‌ কুইনা
অমনা অমৈ মতেং পাং নুংশি চান্ননা ।

চামিন্নবা হাউবনি পুমিন্নবা য়াংবনি
নুংশিনবা ধর্ম্মনি ধর্ম্ম পৃম্বে মরুনি,
হায়দে ধর্ম্ম অমত্তা হাৎনৌ হায়না য়ুম্লোন্নবা
তাক্তে ধর্ম্ম গুরু কনা য়েক্লৌ হায়না লৈমিন্নবা ।

হিংমিন্নবা নুংঙাইবনি ঈশ্বরনা শেম্বা অমত্তনি
মীওইবা হায়বা জাতিসে অতৈগা মান্নদবনি,
মা-দি লৌশিং লৈবনি শাদগী 'সিমা হেন্‌বনি
ব্রাখল্‌ খন্‌বা ঙম্বনি অফ-ফত্ত খঙ্‌বনি ।

লৌশিং অদু মাঙ্‌খরবা মীদু ওইরে শা,
ব্রাখল্‌ শক্তি লৈতরবা খঙ্‌বা ঙম্‌দ্রে অফ-ফত্তা,
মতম্‌দুদা কাউরে ধর্ম্ম, লৈত্রে নুংশিনবা
নুংশিনবা, হিংমিন্নবা, মাঙ্‌খ্রে ঙম্না খুদক্তা ।

মাঙ্‌হল্লে লৌশিং ঈন্‌শিল্লে মপান্দে লাক্‌পা খুৎনা,
পাংশিল্লক্‌ই অমুক্‌ থক্তে কৃম্লক্‌পা খুৎনা,
লীরৈ লাউরৈ নীংশিং ব্রারী খৎনখিবা থায়না,
তক্‌শিল্লে কক্‌থৎনৌ, হাৎনৌ অমগা অমগা ।

মী অমা ওইনা ঈংনা নুংঙাইনা লৈবদা,
য়েৎকী খূৎ ওয়না কক্, ওয়গী খুৎ য়েৎনা কক্,
য়েৎকী মিৎ ওয়না কোৎ, ওয়গী মিৎ য়েৎনা কোৎ,
য়েৎকী খোঙ্ ওয়না কক্ ওয়গী খোঙ্ য়েৎনা কক্,

খোঙ্ খুৎ য়াওদনা, মিৎ-না উদনা লৈবা
ঙম্‌গদরা হিংবা, নুংঙাইবরা অদুম্না হিংবা ?
অদুবু কক্লে, কোৎলৈ মপান্দে লাক্‌পা খুৎনা;
ঈন্‌শিল্লে থৌজিল্লে থক্তগী কৃম্লক্‌পা খুৎনা ।

ঈংনা হিংমিন্নবা লৈমিন্নবা খুৎ অনি,
চহি চা কয়া হৌমিন্ কামিন্নরক্লবা অনি,
মপান্দে খুৎ, থক্তে খুৎ, 'শিগুম্বা খুৎতনা
কক্‌পীররি কোৎপিররি ঈন্‌শিল্লরি থি-থিনা ।

মপান্দে লাক্‌পতনা, থক্তে কৃম্লক্‌পতনা,
চাইখায়রে নাচোম্, থদৎলৈ বৈজয়ন্তি মালা ;
মচু কয়াগী তগুপ্ তরেং বৈজয়ন্তি মালা,
নীংথি ফজরিবা তগুপ্ তরেং হরিগী ঙক্‌শম্‌দা ।

তখেল্লে, শংব্রে, চিগোংলৈ, যাতৈ লৈগী নচোম্
কয়া ফজে নুরা নাপ্ল' কয়া নীংথি পাখং মোল্লাংখা,
শোন্নে, শীংথানৈ, ফজে হায়না খ্বাই পৃম্বনা;
পাম্না থিনৈ, নুরা-পাখং মীপৃম্ খুদিঙ্‌মক্না ।

যাতি-যুতি কয়া পৃল্ল' শেল্লী' ভারত নাচোম্
অচাইবদা অপূন্‌বা অপূন্‌বদা অচাইবা,
নুংশিননা হিংমিন্নবা কয়া ফজে তগুপ্ তরেং,
পৃথ্বি থুংনা থাগৎনৈ যুগ কয়া লৈরক্লী ।

'সিবু থুগাইগে হোৎনরিবা মপান্দে খুৎ
'সিবু চাইখাইবা পান্নিবা থক্তে খুৎশাংবী খুৎ,
থিংলরোইদ্রা খান্নরোইদ্রা মাঙ্‌তাক্লবা খুৎ,
তোক্‌হল্লোইদ্রা খুরক্কী ঈনা লাই শারিবা খুৎ ?

হে থক্তা লৈবা লৈবাক পুবা ৱাখল্ লৈবা খুৎ !
থিংবা ঙম্নী নখোয়না শাংদোক্রবদি নখুৎ ।
হে শৈহেক্‌হৈবা, ৱাখল্ চাউবা, করিগী লৈরি
শক্‌উ হিংমিন্নবৈ নুংঙাইবা লৈমিন্নবৈ ফজবা ।

পুরক্লো লৌশিং ওইহল্লো মী, শা ওইরবা মী,
য়েংহল্-খঙ্‌হল্লু ফজবা, মচু মখল্‌গী বৈজয়ন্তি,
উহল্-খঙ্‌হল্লু ফজবা লৈ কয়াগী নাচোম্
পুরক্লো মাঙ্‌খ্রবা লৌশিং, ওইহল্লো মী, শা ওইরবা মী

অছৈবা নঙ্‌গী বীণা খুৎখত্তা কাউহল্লো য়েক্ল’ ৱাখল্ পূম্বা
নঙ্‌গী নুংশিরবা শৈহেক্লো নীংশিংহল্লু মীগী পুন্সি মমল্ ।
হে থক্তা লৈবা ! থিংলো থৎলো মাঙ্ তাক্‌হল্লিবা খুৎ
থিংবা ঙম্নি শোয়দনা য়াওদ্রবদি নখোয়’ খুৎ ।

১/১১/১৯৯৩ ইং

# (৮)

# পূম্নমক্ নহাক্কীনি

পূম্নমক্ নহাক্কীনি থব্রায় হকচাং মন পুক্নীং,
ঐনা ঐ কৌজবতনি 'সিসু নঙ্‌না কৌহন্‌বনি।
পূম্নমক্ নহাক্কীনি লৈতে ঐগী করিমত্তা,
হায়জবনি ঐতগীনি 'সিসু নঙ্‌না হায়হন্‌বনি।
থারক্লী ঐবু মালেম্‌দা মিৎ, থক্লী মালেম্ উবদা,
কাউখ্রে পূম্নমক্ নঙ্‌ননি হায়রি ঐনি, ঐনা তৌবনি।
সিসু নঙ্‌না হায়হন্‌বনি নঙ্‌না ঐ ওইনা হায়বনি;
খল্লি মতম্ পূম্' লৈরনি মালেম্‌সিদা ঐতগী।
লৈথ' য়াবোই তাইবঙ্ কোন্দা নহাক্লা কৌরক্লবদা ;
থাদোক্ থাজিন্ শান্নে নঙ্‌নাখল্লুদে নোংমতা ঐনা।
লৈরি নীংশীংলু' লৈতনা, খল্‌হন্‌বসিসু নঙ্‌না,
নোংমা খল্‌হল্লক্‌পদা নীংঙম্লক্কে পুক্নীংদা।
চিংবীগনু হে অথোইবা মচেৎ মচেৎ ওইনা ঐবু ;
মচেৎ মচেৎ কায়হন্‌বীনু মপূম্ ওইনা লৌশিন্‌বীয়ু।
লৈতে ঐগী আপত্তি থিংজরোই নঙ্‌গী আশা,
শাজগে জগোই নঙ্' তালদা লাক্‌চগে পূন্না ননাক্তা।
হায়জরি হন্না হন্না পীবিয়ু ঐঙোন্দা নঙ্‌না
মালেম্না শুম্নত্তবা মচেৎ তাদনা লাকচবা।
লৌশিনবীয়ু খুদক্তা থব্রাই হকচাং পূম্বা পূন্না
তাইবংদা মচেৎ লৈহৌদা' লাক্‌চগে পূন্না মপূম্ ওইনা।

১৫/৮/১৯৯৪ ইং

# (৯)
## ঐ কনানো

ঐহাক্ লেপ্তুনা লৈরি লম্বীসিদা
য়েংলি খঙ্নবা অমত্তং লাক্পরা;
ঙাইহিরি কনাগুম্' মা ঐবু খঙ্বিবা
পুবিনবা ঐবু মাগী গাড়ীদা
লম্থুংফম্ য়ৌনা ঐগী লম্থুংফম্দা ।

নুমিৎ চায়থরক্লে সন্ধ্যা য়ৌশিল্লক্লে,
গাড়ী কয়াদি চেল্লি লেপ্পা লৈতা;
অমগী মথংদা 'মা খুরক্ হাঙ্দে
ঐবু খঙ্বিবতদি ময়াওদরে ।
কনাগুম্বা 'মা ঙক্ নোম্, খুৎ হাইরম্মী

খল্লুই, খঙ্নবা ওইরমাল্লে ঐগা,
লেপ্কদ্রা খল্লুই , খুৎ থাঙ্গৎলুই ঐনা ;
মোমোন্ নোক্লম্মী, লেপ্তে অদুম্ থৌখি ।
চৎপসু ঙম্লোইদৌরি 'থন্তা খোঙ্না,
য়ৌবা ঙল্লরোইদ্রা ঐবু লম্থুংফম্ ?

মতম্ খরৈই মাঙ্, নুমিৎ চায়দ্রিঙৈদা,
অঙন্বা অয়ুক্ শক্চু থোক্লিঙৈদা
ঐবু খঙ্বিবা কয়া লম্বীসিদা
গাড়ী খাম্খি ঐনা হায়রু' লৈতনা
হায়রৈ মিকুপ্ খুদিঙ্ থিঞ্জগে থুংফম্ ।

হৌজিক্ নুমিৎ চায়খরে, সন্ধ্যা য়ৌরে,
ঐবু খঙ্‌বিবা অমাফাও য়াওদরে,
পুবিনবা ঐবু লম্‌থুংফম্ য়ৌনা ।
ঐবু খঙ্‌বিবা ঐনা খঙ্‌খি’ ফাওবা
        অমুক্ খঙ্‌বিদ্রে ঐবু, কাউখ্রে লোইনা ।

মীনা খঙ্‌বিবা মীনা উবিখিবা
মতম্ অদুগী ঐহাক্‌সে কনানো ?
মীনা খঙ্‌বিদ্রবা, উবিখিদ্রবা,
হৌজিক্কী ঐহাক্ অসিনা কনানো ?
        মীনা খঙ্‌বিবা উবিবা নত্তনা

ঐ ইশামক্লা ঐবু খঙ্‌লিবরা ?
ইথন্তা হংলুই ঐসিবু কনানো ?
ঐবু কবিনো ঐগী মিং করিনো ?
লেপ্পমক্ খঙ্‌খিবরা ঐ কনানো
        হৌজিক্‌পু খঙ্‌লবরা ঐ কনানো ?

ঐনা ঐবু খঙ্‌দ্রবা কাউরবদা,
ঐবু খঙ্‌বিবা লৈরিদ্রা য়াওরিদ্রা ?
ঐহাক্ লেপ্পুনা লৈরি লম্বীসিদা
য়েংলি খঙ্‌বিবা অমত্তং লাকপরা
        পুবিনবা ঐবু লম্‌থুংফম্ য়ৌনা ।

২/২/১৯৯৫ ইং

# (১০)

## থম্মোয়গী লোন্

অতিয়াদা পাইরি থঙ্গোং জুরা জুরা
নোক্ল-খেনা তাইবং কনা উবা লৈতা,
মখোয় অনীতনি, অনী, জুরা জুরা
নাপ-চীক্ল' শক্লরি নুংশি ৱাশক্তা ॥

অহাঙ্বা আকাশনি মপান্ নাইদরবা
নীংতম্না অথিংবা লৈতনা পাইনরি;
খল্লি পাইগে হায়না আকাশ ৱাংমা লান্না
নুংশি ৱাহৌনফম্ কায়দোং উশা থিরি ॥

কনা হন্না য়েংলুদে, থৌওইনরুদে,
উদে খঙ্দে কনা, মখোয়নি নত্তনা,
লাঙ্লি নিল্লি পূম্বা মখোই' নাকোং য়ৌদে
খোঞ্জেল্তনি মখোয়' নিগী তানরিবা ॥

অতিয়াদা পাইরি থঙ্গোং জুরা জুরা
নোক্ল-খেনা তাইবং কনা উবা লৈতা
মীনা থল্ল' মৈদান্, রিক্সো, ত্রাম্, মোটোর কার,
প্লেন্ ত্রেন্গী খোঞ্জেল্লক্তা, ঙুং ঙুং ঙংলিবা ॥

মখোয় অনিতনি লৈশা পাখঙ্ লোন্না
নুংশিবা নুংশিবী নাপ-চীক্ল-তপ্না
শারি নুংশি ৱারী লৌথুপ্ লৌকোই লৈতা,
তাইবঙ্ কনা উদে মখোয় 'নিগী মিত্তা ।

খল্লি মখোয় অনীতনি মফম্ 'সিদা,
অনীগী খোঞ্জেল্‌তনা নিল্লি নাকোংদা ;
খন্নরি অমনা অমবু তত্তনা
খল্লুদে নীংলুদে অতৈ অমগী ৱা ।।

উফৈদুদা তোংলি চেক্লা জুরা জুরা,
ওন্‌শিন্নদুনা খোংনরি তপ্পা লাউনা,
খঙ্‌দে উদে মাঙ্‌দা লাক্লিবা শাদান্‌বা,
তাদে য়েংদে হৌর' নোংমৈ মখোল্ ফাওবা ।।

মচানা হিক্ হিক্ কপ্লি, মমানা থেম্‌লি,
মচানা নোক্লি, মপানা হরাউজরি ;
কনা কনা য়েংলি কৈসু নাচুংলুদে
কনা কনা তারি কৈসু থৌশারুদে ।।

ঙাঙ্‌নরি শানজরি মখোয় মখৈতা,
হরাউজরি নোক্‌চরি মখোয় মশেল্‌তা;
কপ্পা, নোক্‌পা, শাউবা, হরাওবা, অৱাবা,
মান্নরবা লোল্‌নি খেন্নবা লৈতবা ।।

য়াওদে অয়াক্‌পা অশাবা অকন্‌বা ৱা
য়াওদে তাদে অকিবা পোক্লবা খোল্লাও,
অথোৎপা অমেঙ্‌বা চূগন্ন'- য়াওদবা
থম্মোয়গী লোন্‌বু খঙ্‌দবা কনা লৈবা ।।

মশাগীতা য়েংবা মীগীদি উদবা
মাগী খোঞ্জেল্, মাগী ৱাঙাং, মাগী ৱাতা,
তোপ্ তোপ্ তাবনি, মান্নদবনি খ্বাইগা,
খঙ্‌নদে, য়ানদে অমগা অমগা ।।

মপান্‌গী মিৎয়েংনি মপান্‌গী খোঞ্জেল্‌নি
তৌশিন্ন' ৱাঙাংনি থম্মোয়দি য়াওদবা,
মদুতনি তোখাই তাবা খঙ্‌নদবা,
ঈশিংগা থাওগগুম্ তিন্নবা য়াদবা ।

থম্মোয় লৈকা হাংন' নুংশির' খোঞ্জেল্দি,
তাইবং পূম্ খঙ্বনি, খঙ্দ' কনা লৈতবনি;
নোংপোক্ নোংচুপ্, খা-অৱাং তাইবং হুপ্পা
ছরা-ছনবনি, খঙ্নবনি, য়ানবনি ।।

থম্মোয়গী লোন্বু-খঙ্দবা কনা লৈবা ?
মীদগী হেন্না লাই, লাইদগী লাই মকোক্,
মনা পঙ্গন্বা তাগন্দবা ঈশ্বর ফাও,
থম্মোয়গী লোন্দি খঙ্ই, তায়, হরাওই ।।

অতিয়াদা পাইরি থঙ্গোং জুরা জুরা
নাপচীক্লা শক্লরী নুংশি ৱাশক্তা
মখোয় অনী, অনীতনি পাখং লৈশা
শারী নুংশি ৱারী লোন্না লোন্না চীক্লা ।।

উফৈদসু তোংলি চেক্লা জুরা জুরা,
ওন্শিন্নরদুনা খোংলি তপ্পা লাউনা,
মচানা হীক্লা কপ্লি মমানা থেম্লি,
মচানা নোক্লী, মপানা হরাওজবি ।।

শৎকায়র' লৈরাং নাক্তা খোইমুনা ঙংলি,
লৈরাংনা নোক্চরি, হাইরি তপ্পা তপ্পা,
থম্মোয়গী ৱারোল্নি, থম্মোয়গী খোঞ্জেল্নি,
তানৈ খঙ্নৈ খেন্ন' লৈতে অমত্তনি ।।

ঙাঙ্নরি শানরি থম্মোয়গী ৱারোল্দি
খঙ্নরি য়ানরি মখোয় অনিমক্তি :
খেন্নদে খোম্থোক্ কৈসু খেন্নদে অর্থ
তিন্নরি হরাওরি য়ানরি অমত্তনি ।।

১৫/১১/১৯৯৫ ইং

## (১১)

# নীংবা কায়বা

ওইগে হোৎনরুবা ওইদ্রবা,
ফংগে তান্নরুবা ফংদ্রবা,
লম্থুঙ্ য়ৌদ্রবা লশ্বী চৎপা,
নীংবা কায়নীংঙাই ওইদবরা ?

চাক্তাং থাদা চরা হেল্লবা,
চাক্ চখোম্মা ৱানা ফংলবা,
মখুৎতৈ মুন্দুনা লৌখ্রবা
মামুক্ ৱাবা অমা লৈরিদ্রা ?

লৈকঙ্লাদা কোয়না চৎলিবা
খৌরাংবনা চরম্ কংলবা
ঈশিং খুজোক্ 'মত্তং ফংজবা
করি ওইনি মুন্বিখ্রবদা ?

নুংশিবনা থাদোক্পীরবা
নুংশিবা মচা কায়নরবা
মমা মপা শিখ্রবা মচা
মখোয়গী নুংঙাইফম্ কদাইদা ?

ৱাখল্ থোক্লক্রুবা অইবা
প্রেরনা য়াওদ্রবা অছেবা
চৎলু য়াদ্রবা কলম্ পায়বা
লৈরিদ্রা মামুক্ নীংবা কায়বা ?

নীংতম্বা মাঙ্খরবা জাতি
মীপাল্ তাংদনা হিংঙম্দ্রবা
পুক্নী মেৎথৎ পিখ্রবা কাঙ্লুপ্
কদাইদা লৈ মখোয়মুক্ নংবা ?

হাৎন-থিন্নবনা থল্লবা
তংদু- লৈয়তাদরবা জাতি
হোরেল্ হয়েং মফম্ খঙ্দ্রবা
করম্ হায়না হিংনি মখোয়না ।

কাং-খোং-চাইর' লৈবাক্তা লৈবা
পোল্লেপ্‌ফম্ খঙ্দ্রবা মীওইবা
মখোক্ লেয়রবা সমাজ 'মচা
কৈদা লৈ মামুক্ লাইবক্ থীবা ?

হায়নীংবা কয়া হায়ঙম্‌দ্রবা
তম্নীংবা কয়া তম্‌ঙম্‌দ্রবা
শক্নীংবা কয়া শক্‌ঙম্‌দ্রবা
কৈদা লৈ মাগুম্ নীংবা কায়বা ?

থৌনা ফবা ইচঙ্ থৌবা ব্রাশক্ চেৎপা
অচুম্বেদমক্ হন্নাইদ্রবা পাঙ্গনবা,
মীওইবৈমক্তা শিবা হায়বদু কিদ্রবা
লৈরিদ্রা অমা মাগুম্না লাইবক্ ফবা ।

নীংবা কায়রে থৌনা য়াওদ্রে, পূম্‌পঙ্ পঙ্‌লে
শুমজিন্‌খ্রে মশিংঘা পান্দ্রে, চখন্নরে;
চাওখৎলবা মৈতৈ সমাজ, কুরাংবান্তা
মঙায়রে, লৈশৌনা চাখ্রে মতোং পূম্বা ।

ব্রাখল্ থোক্লে, লৈয়েং ফাইরে, হায়জ ফাওবা
ঙম্‌দরে, লৈরে তিঙক্ তিঙক্ য়েংদুনা,
মতীং য়াওদ্রবা শোইনাইরবা অছেবা
থৌনা পাঙ্গল্ পূম্বা কনানা মৎখ্রবা ?

ব্রাখল্ থোক্লবা পঙ্‌শিল্লবা অইবা
প্রেরনা য়াওদ্রবা অছেবা মীনুখাং
চৎলু য়াদ্রবা কলম্ পায়বা, লৈরিদ্রা
মামুক্ খ্বাইদগী হেন্না নীংবা কায়বা ?

৪।৪।১৯৯৬ ইং

# (১২)

# লোইনাইদ্রবা লম্বী

মিত্তে তংখাই লোৎখ্রবা
থাপ্পা তাম্না লৈরিবা
লেপ্পা লৈত' চৎলিবা
ঐনা কৌবা তারবা

লেপ্খো ঙাইখো ঙাইহাক্তা
শাখিসি ৱারী 'মত্তা
ঐসু লাক্লি লম্বীসিদা
নঙ্না চৎলি লম্বী 'মক্তা ।

হায়বীয়ু লম্বী অসি
করি লম্দম্ য়ৌবনো ?
নঙ্না চৎলিবা অসি
করি লম্দম্ য়ৌদৌনো ?

কয়াম্ শাংই লম্বীসি
কৈদনো লম্থুংফম্না ?
লৈফম্ থোক্ই লম্থুংফম্
লম্বীগীসু খম্নফম্ ।

লৈফম্ থোক্ই শোয়দনা
চুম্লবদি লম্বীনা ।
কোয়না কোয়না চৎলিবা
লম্বীরা লোইনাইদবা ?

হঞ্জিন্ হঞ্জিন্ চৎলিবা
লম্বীরা লোইনাইদবা ?
মফমদু ঐনা লেপ্লুবা
ঐগী লম্থুং অরোইবা ?

মথং মথং চৎনরি
অমৈতুং 'মনা ইল্লি,
নাইতোম্ নাইতোম্ চৎনরি
তুমিন্ তুমিন্ চৎনরি ।

তারম্বা য়াই ঐনা কৌবা
খঙ্লম্' য়াই ঐ লাক্লি হায়বা,
অদুবু লৈতে খুল্লকপা
লেপ্তে খোঙ্কাপ্সু থাংলিবা ।

মিত্তৈ তংখাই লোৎখ্রবা
থাপ্লা তাম্লা লৈরিবা
লেপ্লা লৈত' চৎলিবা
ঐনা কৌবা তারবা

লেপ্খো ঙাইখো ঙাইহাক্তা
শাখিসি ব্রারী 'মত্তা,
ঐসু লাক্লি লম্বীসিদা
নঙ্না চৎলি' লম্বীমক্তা ।

লৈরি পাউ কয়া তম্দৌবা
নঙ্না শোয়দনা খঙ্নীংবা ;
ঐইসু লৈ 'ঙোন্দে তানীংবা
লৈরি কয়া হংগদবা ;

লীরম্নবা লৈহৌ' শিংদা
তাক্লম্নবা খঙ্নীং' শিংদা
নঙ্গী ঐগী মাগী ব্রা
চৎখ্রবশিংগী ব্রা কয়া ।

খঙ্দে ঐ কৈদা চৎলিবা
খঙ্দে করি লম্ য়ৌদৌবা,
চৎলি খ্বাই' চৎনৈ হায়দুনা
খঙ্দে অতৈ 'সি নত্তনা ।

কনাদসু হংলু' লৈতে
হংলসু তাক্পীন' লৈতে ।
হংলুদে চত্ত' য়াদবা
লম্বীরা অতোপ' লৈতবা ।
থিরুদে চত্ত' ইয়ামক্
য়াদবরা, তাদ্রি খঙ্দ্রি
কনাগুম্বা য়াওখিবরা
লম্বীসিদা চৎখিদবা ?

য়াদবরা চৎলোই হায়বা
হোৎনখিদ্রা চত্তনবা,
য়াওখিবরা চৎখিদবা
খঙ্দ্রি তাদ্রি ঙসি ফাওবা ।

হায়র' য়াওদ্রি হল্লক্কুনা
কনাগুম্বা চৎলুরবা,
লম্বী 'মা লৈ 'সি নত্তবা
মী খ্বাইনা খঙ্নবা ।

অহিংবশিংগী খোঙ্চৎ
অশিবশিংগী খোঙ্চৎ
লেপ্পা য়াদবা খোঙ্চৎ
চত্তুনা লৈবা খোঙ্চৎ

হোংনাইদ্রবা খোঙ্চৎ
চত্তবা য়াদবা খোঙ্চৎ
সিমত্তা ঙায়বা খোঙ্চৎ
নাইতোম্ তাবা খোঙ্চৎ,

তান্’ ফংদে মাঙ্দা চৎখিবা
ঙাই’ য়াদে তুংদা লাক্লিবা,
ইথন্তা নায়তোম্ চৎপা তাই
লম্থুংফম্ ইথন্’ থিবা তাই ।

লেপ্পা লৈতে চৎলি পূম্বা
কনা’ খঙ্দে লমথুং’ কৈদা ?
অমম্ অঙান্ ছেৎনবা
শিবা হিংবা খায়রিবা

অহিং নুংথিল্ লেপ্লিবা
মাগী য়াথং ইল্লিবা
লম্বীরা মাই লোইনাইদ্রবা ?
লম্বীরা চত্ত’ য়াদবা ?

পূম্নমক্ খঙ্ই ’সিমদি
চৎকদৌ’ লম্বী ’সিতনি
খঙ্দবদি লম্থুং তনি
খঙ্দবদি খম্ফম্তনি ।

১১/১১/১৯৯৬ ইং

# (১৩)
# কনানো মাঙ্‌দা চৎলিবা

কনানো মাঙ্‌দা চৎলিবা
ঙাইবীখো ও ! অমুক্তা,
হংজহৌগে ৱা অমত্তা
ঙাইখো চৎমিন্নসি ঐগা ।

নঙ্‌গী খোঙ্গুল্ তুংইন্না
লেপ্তুনা চেল্লক্লি ঐনা,
তান্‌খৎচৈ ফংগে হায়না
খাম্‌জৈ লেপ্পীখো হায়না ;

ফংবা কৌবা মরৈতে
নক্‌শিঞ্জবসু ঙম্‌জদে
নঙ্‌নসু হন্না য়েংলক্তে
কৌজবসু খুল্লক্তে ।

লৈরি থাপ্পা অদুম্ নঙ্‌দি
লেপ্পা লৈতে নঙ্‌সু চৎলি
'শক্তি উদ্রে খোঙ্গুল্‌দি উই
'খোল্‌দি তাদ্রে খোঙ্গাংদি লৈ ।

কনানো মাঙ্‌দা চৎলিবা
ঙাইখো চৎমিন্নসি ঐগা
ঙাইবীখো ও অমুক্তা
হংজহৌগে ৱা অমত্তা ।

য়েংলক্‌উ হন্না অমুক্তা
য়েংউ মায়কৈ মরিদা
মালেম্‌গী অপীক্‌পা স্বর্গ
অৱাংবদা শাৎপা লৈরাং !

নঙ্না উখিবা অদুগা
হৌজিক্ লৈরিবা অসিগা,
কয়াম্ খেন্নে, কয়াম্ হোংলে,
কয়াম্ মুৎখ্রে, কয়াম্ মাঙ্খ্রে ।

মহৌশাগী ফজবা
নঙ্না অদুগৈ উখিবা
অখাঙ্ কন্বা, থাদোক্পা,
হায়খিবা ৱা হোংদবা,

মরৈবাক্পু নুংশিবা,
মীনুংসি লৈবা চান্বীবা,
মীনা লাইবু ওইখিবা
কয়াম্ লৈরি লম্দম্সিদা ?

হন্না য়েংখো লেপ্খো 'মুক্তা
হিংচা য়াইতম্ মশাগীতা
য়েংবা, মীনুংশি য়াওদ্রবা
মীওৎ মীনৈনা থল্লবা ;

হী-য়াই পূম্বা মুন্বীখ্রবা
ফক্চিল্ল' মরোল্ ফাইরবা
বুদ্ধি শোইরোম্ নরবা
নচা-ননাও-য়েংউ 'মুক্তা ।

কদাইদা লৈখ্রে পাক্লবা
লম্হাং, কদোম্ পাংখ্রে কৃংল'
উমং, কদায়দা লৈখ্রে
শরুংহন্বৈ শারম্ চাম,

ঙারুহন্বৈ ঙারম্ চাম ;
উনা উনা খঙ্না খঙ্না
মুন্খ্রে হী-য়াই লৈজ পূম্বা
তাবুনুংদৈফাও ফক্লুনা ।

ঙাঙ্জ' ঙম্দ্রে হায়জ' কিরে
লৈয়েং ফাইরে ফুম্বংনরে।
লৈকংলা ওইরবা লম্দম্
মীওৎ মীনৈ ' থল্ল' মফম্

থরক্ হুন্গৎনরবা ;
কৈদা লৈখ্রে মোইবুং খোঞ্জেল্
তাবতদা ফৈজোম্ তাখৎ
খ্বাংজেৎ লাক্-খুৎলাই পায়না

চঙ্শিল্লম্বা মাঙ্দা পূন্না ;
'কৈদা লৈ ইমাই য়েক্লবা !'
হৌজিক্ ৱাখল্ য়াওদ্রবা
ঈচৈল্দা তাউবা কঙ্গুম্না

চেন্থরি মাঙ্ন-তাক্লবা
সমুদ্রদা, — করম্না
কোক্কনি, করি উপায় ?
মুৎত্রি আশা' লোইরে ফিভম্।

ঐখোয় মশেল্ অমনা 'মা হায়
লেপ্ফম্ খঙ্দে লৌফম্ খঙ্দে
তৌফম্ খঙ্দে চমম্নরে
তাজগে নঙ্গী ৱা 'মত্তা ;

তাক্পীরক্উ শোন্ন' মন্ত্র
লেঙ্দনা লৈননবা
মালেম্গী অপীকপা স্বর্গ
অৱাংবদা শাৎপা লৈরাং

লৈরোন্ নাইনা শাৎননবা।
কনানো মাঙ্দা চৎলিবা
ঙাইখো চৎমিন্নসি ঐগা
হংজহৌখিগে ৱা 'মত্তা।

২৯/৯/১৯৯৬ ইং

## (১৪)

# থম্মোয় য়াওদবা লোন্

মালেম্সিদা হৌজিক্সু লৈরি
নোংদম্বনা শেম্খিবা মমা
লখা মরিফু মরিনা পোক্পা ;
লোল্লি তোঙান্ তোঙাল্লবা লোন্
মমা মমানা তম্বীবা লোন্ ।
অমগা অমগা ফাওনদে
তিন্নদে খঙ্নদে য়ানদে ।

মমা 'মত্তনা পোক্পা মচা
কোটিলক্তা মীওইবা কৌবা,
অঙ্গং-অশা মফম্ মতম্ ইন্
লোল্লি য়াম্না থৈয়নরবা লোন্
তিন্নদে খঙ্নদে য়ানদে ;
মখোয় খৎনৈ শাওনৈ লাম্থিনৈ
খুদোং চাবা থিনরক্পদা ।

থৈয়নবা খঙ্নদবা লোন্দি
শরু পান্দ' লৈগী লোন্তনি ।
নোংদম্বনা হেক্ তম্বীখিবা
অহান্বা লোন্দি অমত্তনি,
খ্বাই পূম্বা লোইনা খঙ্নবনি;
মমা 'মৈ মচাতা নত্তনা
মমা লক্কাই মচা পূম্বনা
খঙ্নবা য়ান-তিন্নবনি
অমত্তনি লোন্ অমত্তনি ।

থব্লায় পান্‌বা জীব পূম্বগী
অহান্‌বা লোন্‌ চিন্দে থোরক্‌পা
লৈতোন্না খৎপা ইহান্‌ হান্‌বা
নোংদম্বনা তম্বীখিবা লোন্‌
অকিবৈ খোল্লাউ, অব্লাবগী
মিকপ্‌, হরাউ তয়াম্‌গী মীনোক্‌ ,
অরাম্‌ খৌরাংবৈ য়াব্লা খোন্‌ফম্‌,
লোন্‌ ’মত্তনি খ্বাই পূম্‌ খঙ্‌বনি ।

মিংকী লোন্‌, খুৎকীলোন্‌ , খোঙ্‌গী লোন্‌,
হকচাং কায়াৎ পূম্নমক্কী লোন্‌,
লোন্‌ অমত্তা ওইরি খঙ্‌নরি
ফাওনরি, হৌজিক্‌সু য়ানরি
মালেম্‌ থুংনা, য়াওর’দি থম্মোয় ।
নোংদম্বনা তম্বীখিবা লোন্‌
থম্মোয় য়াওনা লোন্‌বা লোন্নিদো,
নত্তে থম্মোয় য়াওদবা লোন্‌দো
অমগা অমগা খঙ্‌নদবা ।

থম্মোয় য়াওদবা লোন্‌-লোন্‌ নত্তে,
মদুবু খঙ্‌বিনবা ’ লৈতে ;
মিংকী, খুৎকী, হকচাং কায়াৎকী লোন্‌
লোন্‌ নত্তে থম্মোয় য়াওদ্রবদা ।
শরু পান্দবা লৈতোন্‌গী লোন্‌
লোন্‌ ওইনি থম্মোয়বু য়াওরবা ।
থম্মোয় য়াওরবা লোন্‌, খঙ্‌নরি
খ্বাই পূম্বা, ওইরি লোন্‌ অমত্তা ।
লোন্নরবদি থম্মোয়গী লোন্‌
লৈনি শান্তি লেপ্পা মালেম্‌দা ।

২৩/১১/১৯৯৬ ইং

## (১৫)
## হে মাঙ্দা চৎলিবা

হে মাঙ্দা লেপ্তনা চৎলিবা
লেপ্খো ঙাইখোগবা অমুক্তা
তম্জহৌখিগে পাউ অমত্তা
হংজহৌখিগে ৱা অমত্তগা ।

মাঙ্গী খুনীংথেক্সি য়ৌবগা
লৈইশিন্খিবতা ঙাযবিবা নঙ্
ফংদ্রে অমুক্ উবা ঐহাক্না ;
খঙ্ই চৎলি হায়বদি নঙ্না ।

চৎনরি অতৈ নতুং ইন্না
ঐসু য়াওরি চৎলিবা লক্তা
মাঙ্গী খুনীংথেক্সি য়ৌখ্রবা
চৎনৈ নাইতোম্ তুমিন্ তুমিন্না,

শক্ লোৎ, কনানসু উদনা
চেন্খৎলক্লি ঐ ফন য়াঙ্না,
অদুবু ফংবা লৈত্রে নঙ্বু ;
তারবদি ঐনা কৌরিবা

খুম্লক্উ অমুক্তা তশেংনা
হে ঐহাক্কী মিত্তে লোৎখ্রবা !
খঙ্ই ঐহাক্ নঙ্ খোয়শাওনরে,
পাম্দ্রে, ঙাঙ্নীংদ্রে ৱা অমত্তা,

নঙ্না নপুন্সিচুপ্ উখ্রবা,
তং তাদ্রবা মালেম্ পুন্সিই ৱা ।
'দুবু তাখো 'মুক্তা ঐগী ৱা
তম্লুনবা তম্নফম্দুদা ।

লৈহৌরিবা কয়া হিংনবা
মালেম্ অসি মুৎখিদনবা
পৃথিদা শান্তি লৈননবা
মীওইবনা শা ওইদনবা,

হায়রম্মু খঙ্লবদি নঙ্না
তাক্লমগে ঐ তুংগী মীরোন্দা
অফবা ৱাখল্ পোক্লবা
করিনো ঐখোয়না তৌদৌবা ।

তম্বীরু নঙ্না তম্নফম্দুদা
লৈরি হৌজিক্সু মালেম্সিদা
অচুম্বা মীনুংশি বিন্দু অমা
মাঙ্খ্রনি 'সিশু থিন্থরবা ।

চহি কয়াই মাঙ্ হায়রম্মী হায়
মথং মথং তম্মে হায়নরি
ঙসি ফাও থাজনরি —
ধর্ম্মনা মাঙ্থরক্লবদা

ফত্ত-নম্থ, অফ-য়োক্খৎপা
মহাক্না শাইওন্বা মালেম্দা
ঙাইনহৌই লাঙতক্লনা,
তম্বীরু মঙোন্দা তম্নফম্ ।

২।১।১৯৯৭ ইং

## (১৬)

# শ্যাম্‌গী বাঁসি

লৈরম্মীনে মফম্‌সিদা
শ্যাম্ কৌবা বাঁসি খোংবা,
শান্‌নরম্মী চেন্ চোংদুনা
গোবৰ্দ্ধন্‌সিগী তম্‌য়াদা ।

মাগী শুঙ্কাৎ বাঁসি খোঞ্জেল্
শুঙ্কাৎপনি তাইবঙ্ পূম্বা,
চিংশিন্‌বনি মাগী নাক্তা
শ্যাম্ কৌবা বাঁসি খোংবা ।

কনাগীদমক্ খোংলিবা
মাগী শুঙ্কাৎ বাঁসি অসে ?
কনাই থম্মোয় শুঙ্কাৎলিবা
শ্যাম্ কৌবা বাঁসি খোংবা ?

নোং' উখি যমুনা 'পান্দা
কনাগুম্বী ফজবী 'মা,
নন্দগী মচা শক্‌হেন্‌বা
বাঁসিবু খোংবা শক্‌নৌবা ।

মিৎকা মিৎকা চানখি
কনা ওইনি হংনখি
ব্রাখল্ লীশাং থানখি
থম্মোয় ঈথক্ হৌনখি ।

ব্রজগী ফজবী নঙদি
তোর্ব্বান্ থক্তা লেপ্লীবী,
উবমক্তা থম্মোয় কৎখ্রে
নঙগী শরুক লৈহৌদরে ।

উরুবা' মাবু তনৌবী
হায়ঙম্‌দনা ফজরবী
থম্মোয় লোইনা হুখরে
বাঁসিনা খোংলে শুম্মৎলে ।

বাঁসিনা শুম্মৎলিবদি
নখোয়তা নত্তে শুম্মৎপা,
মরোল্ অহুম্ শুম্মৎলিবা
শ্যামগী মুরুলী বাঁসিনি ।

মুরুলী কৌ' শ্যাম্‌গী বাঁসি
শ্যাম্' খুত্তা মুরুলী বাঁসি
বাঁসি' খোংই রাধা হায়না ;
বাঁসিগী খোঞ্জেল্‌তনা

নিল্লি গোবর্দ্ধন্ তম্‌য়া
খোম্থাংনা রাধা রাধা
মালঙনা পুই বাঁসি খোঞ্জেল্
য়েল্লুই ব্রজে য়ুম্‌থোং খুদীং

বাঁসিগী খোঞ্জেল্‌সিনা
রাধাগী থম্মোয়নুংদা
নীংতম্ ঈরাং হৌহল্লি
মায়োক্তনি কংস নিটি ।

অথিংবগী মায়োক্তা
অহল্ লমন্ থৌওইদা
চৎনবী নিয়ম্ ৱাংমদা
তাঞ্জবনি মাগী হক্ ।

ইশক্ তাক্পৈ ঈরাংনি,
ঐহাক্ লৈরি তাক্পনি,
বাঁসি মানা ইন্শিল্লি
থম্মোয় বীণা খোংহল্লি ।

অহুম্শুবা রন্দ্রনা
গোপী ষন্থুন্ নীংখায়হল্লি,
বাঁসি খোঞ্জেল্ তাবদা
পায়রম্ থবক্ হুন্দোক্কুনা

চেল্লি বাঁসি খোঞ্জেল্ তুংইন্,
অহিং নুংথিল্ নাইদে
অহল্ লমন্ কিরুদে
মীনা নোক্লবা তুজুংদে,

মচা মৱা থৌওইদে
উমং ৱামং কিরুদে
চেল্লক্ই হেক্তা মায় নাক্তা
শ্যাম্ কৌবা বাঁসি খোংবা ।

কোয়না চৎলি যমুনা 'পান্
বৃন্দাবন্গী বন বন খুদীং
খাক্পা লৈতে লৈরক্ খুল্লুক্
নোং' সু চিংলুই রাধাই ফিজি ।

করম্ কালদা তা-গনি
লাঙ্তক্লনা ঙাইহিরিবী
শ্যাম্গী শুম্ফৎ বাঁসি খোঞ্জেল্
কনানো ব্রজে শকহেনবী ?

ব্রজগী নুপীশিং লক্তা
কনানো শ্যাম্না কৌরিবা ?
কনাগী 'মক্তা খোংলিবা
মাগী শুম্ফৎ বাঁসি অসে ?

শুম্হৎপদি বাঁসিনা
নখোয়তা নত্তে শুম্ফৎপা,
মরোল্ অহুম্ শুম্ফৎলিবা
শ্যাম্গী মুরুলী বাঁসিনি ।

মরিশুবা রন্দ্রনা
যমুনা ঈচেল্ লেপ্হল্লি,
য়েংদুনা অদুম্ লৈহল্লি
শক্হেন্বী ব্রজগী রাধা ।

কনাগীদমক্ খোংলিবা
মাগী শুম্ফৎন' বাঁসিসে ?
ঈশিং শোক্কনি কাউখরে
ঈশিং পুন্ ঈয়ায় য়ৌখরে ।

রাধাবু উরুরবা
বাঁসি খোঞ্জেল্ তারুবা
কাউথোক্খরে যমুনা
চেন্গনি ঈচেল্ নাইনা ।

লৈইশিন্দুনা লৈথোক্নে
বাঁসি খোঞ্জেল্’ তাম্থারে,
কনাগীদমক্ খোংলিবা
মাগী শুম্মৎ’ বাঁসিসে ?

যমুনা তোর্বান্’ লেপ্লীবী
কনানো নঙ্বু ফজবী ?
থম্মায় মাল্হৌনখরে
নঙ্বু য়েংদুনা লৈরিঙে

ষণ্বু শেল্লি কাউথোক্লুরে
ষণ্বী ষন্নাও ইচাই চাইখ্রে
লাপ্না শা-ন্না চথোক্খরে ;
কম্নো ষণ্গা ’তম্ য়ৌরক্নে ।

শুম্মৎপদি বংশীনা
নখোয়তা নত্তে শুম্মৎপা
মরোল্ অহুম্ শুম্মৎলিবা
শ্যাম্গী বাঁসিনি মুরুলী ।

শ্যাম্না খোংলি মুরুলী
মঙাশুবা রন্দ্রনা
ষণ্বী ষন্নাও খোম্জিল্লি
কনাই মক্তা খোংলি বাঁসি ?

অট্টালিকা থক্ লেপ্লিবী
ষণ্গারক্পা য়েংলিবী
শিঙ্গা বেণু তারিবী
কনানো নঙ্বু শক্হেন্বী ?

শ্যাম্’ খুত্তা মুরুলী বাঁসি
কনাইমক্তা খোংলি বাঁসি ?
তরুক্শুবা রন্দ্রনা
কায়হল্লি যোগীগী ধ্যান্ ।

শুম্ফৎপদি বাঁসিনা
নখোয়তা নত্তে শুম্ফৎপা
মরোল্ অহুম্ শুম্ফৎলিবা
শ্যামগী বাঁসিনি মুরুলী ।

তরেৎশুবা রন্দ্রনা
গোপী’ পুক্নীংতা নত্তনা
মরোল্ অহুম্ শুম্ফৎলিবা
শ্যাম্গী বাঁসিনি মুরুলী

শুর অসিনা বাঁসিগী
থম্মোয় বীণা য়াকায়হল্লি
ঈথক্ ঈনোৎ কাহল্লি
মাগী নাক্তা পুবিখি ।

শ্যাম্গী মায়থোং উজবা
রাধা রাধা হায়রিবা
মাগী বাঁসি খুৎখৎনা
পুবিরক্ই পুক্নীং শান্তি ।

বাঁসি খোংলি, হায়রি তপ্না—
পুক্নীং শান্তি ব্রাখল্ শান্তি
শান্তি তনা মুক্তিনি
রাধাই ব্রাখল্না শান্তিনি ।

বাঁসি খোংলি হন্না হন্না
কনা কৌরি তোয়না তোয়না
শ্যাম্ খুত্তা মুরুলী বাঁসি
কনাগীদমক্ খোংলি বাঁসি ?

২৮/১২/১৯৯৭ ইং

## (১৭)
## য়েংজগে ষণগারক্পা মতম্দা

মহাক্লা লেপ্লরি ইনাক্তা
হুন্দোক্লম্দুনা অতৈ পৃম্বা,
মখোয়না য়েংলি মঙোন্দতা
মহাক্লা য়েংলি ঐঙোন্দতা ।

মিৎচিনা খোইখোই মিৎনুংশিনি
য়েংলোই কৌবদা ঙমদবনি,
লাইরেন্গী মমিৎ হায়বদুরা
থম্মোয়ফাও য়াওনা চিংশিনবরা ?

মিৎয়েং কারল্ লান্ঙম্দে ঐদি
ঐবু স্বর হোল্লিবরা কাউই,
মহাক্লা ইনাক্তা লেপ্লবা
হায়ফম্ খঙ্দে কৈনোমা তৌই ।

ইনিন্না থল্লি মিহুন্ চোংই
ইকায়জৈ মনাক্তা লৈবসু
থাপ্তোক্লীংদে মনাক্তপীসু
কৈনো ঐ' শুঙ্খৎল' হায়দুরা ?

নত্রগা পঙ্থবা ওইবরা ?
ঐতা নত্তে মখোয়সু লোঙ্দে
য়েংলি মঙোন্দা মিৎফম্ হোংদে,
মহাক্লা য়েংলি ঐঙোন্দতা ।

মিৎফম্ হোংদে ৱাখল্সু চোইদে
চৎফম্ হায়ফম্ তৌফম্ খঙ্হন্দে ;
ঐগী ৱাখল্ পল্লেপ্ফম্ খঙ্দে ।
মসিবু কনা ওইরিদগে ?

মীনা হায়নৈ নন্দে মচানি
হায়নৈ মমিংনা কানু কৌই
কনানা কৌই তোঙান্ তোঙান্
কৃষ্ণ কেশব মাধব গোপাল

বংশীধারী মদনমোহন
গোপাল গোবিন্দ শ্রীমধুসুদন,
গীরিধারী গোপীনাথ রাধামোহন
মুকুণ্ড মুরারী রাধারমণ ।

মীনা কৌনীংবা কৌসনু নঙ্
কোলোই মিংলেন্ লোইনাইদবা নঙ্
ঐতদি কৌজগে —'হে সখা !
ঐগী থম্মোয়গী চান্নাথোইবা !

নঙ্গী ৱাখল্তদা ঊংজগে
নঙ্গী শক্তম্তদা ঙাওজগে
নখোল্দুতা ঈখৌ লাংজগে
ঐহাক্ লৈরি হায়বা কাউজগে ।

য়েংবীয়ু ঐঙোন্দা লেপ্তুনা
খাঙ্জগে মায় হুৎ হুৎ লৈদুনা ;
লেপ্পীয়ু ইনাক্তা লেঙ্দনা
লৈজগে ইকাই ইকাই শুম্মৎনা ।

নহাক্কী হে সখা মিৎয়াম্বা !
নহাক্কা নমিৎ চোইরবসু
ঐদি খক্ চোইজরোই, চোইজরোই,
নঙ্বু নত্ত' অতৈ য়েংজরোই ।

নহাক্কা ইনাক্তা লেপ্লবা
হায়ফম্ খঙ্দনা নুংঙাইজবা
তম্ফম্ খঙ্দনা হরাওজবা
ওইজগে লাইনীং মদুতনা ।

নহাক্কা ঐঙোন্দা য়েংলক্পা
খঞ্জগে, অতৈদা য়েংদনা
য়েংলিবনি ঐঙোন্দতা
ঙাইজগে 'দুতা ঈথৌ লাংনা ।

নুমিৎ খুদীং লেপ্পা লৈতনা
লেপ্চগে অট্টালিকা থক্তা
য়েংজগে ষণ্গারক্প 'তম্দা
লাক্পদো শিঙ্গা বেণু খোংদুনা ।

২১/৪/১৯৯৮ ইং

## (১৮)

## ঙাইরি লাঙ্‌তক্লনা

মণিপুর সনা লৈবাক্তা
পৃথ্বি' অপিক্ স্বর্গসিদা,
নুমিৎ হেক্ খুদীংগী থোক্লি
মথোঙ্ খঙ্‌দ' মীহাৎ মীপূন্ ।
নোংমা কাংবা লৈত' তারি
মী অমা শিরে, হাৎলম্লে,
নোংমৈনা পাম্লে, কাপ্লম্লে,
থাঙ্‌না য়াম্ল' হুন্দোক্লম্লে,
মখুৎ পুল্লি মচীন্ মেল্লি
নোংমৈ মখুল্‌দি অনিনি ।
মীরেন্‌ফম্‌দা হৌজিক্ থম্‌লি
মশক্ খঙ্‌বদি ঙম্‌দরি –
অমগীদি মশক্ খঙ্‌লে
মপা মমানা লৌখরে ;
অমদি মশক্ খঙ্‌দরে
সরকারনা অদুম্ লোইশিল্লে ।
অমদি খবরদা য়াওই
মরাল্ 'দুইদমক্ হাৎপনি ।
অমদি কনা' হাৎলিবা
করিগীদমক্ হাৎলিবা
কনা অমত্তা থোরক্ত্রি
খবরদসু য়াওরক্ত্রি ।

খবরদা য়াওরদি ’চুম্বরা
হায়বা ঙম্‌দে কনামত্তা,
অফোংবা ব্রায়েন্ তৌখিদে
মরাল্ কন্ন’ হক্ পীখিদে ।
শিরি’ খুদীং লৈ মমা মপা
অশিবৈ ’মুংতনি কপ্‌লিবা
লৈবাক্লা অরেপ্’ খঙ্‌নীংই
মী হাৎপদু কনানো
করিগীদমক্ হাৎপনো ?
হৌগৎলগা অশিবনা
হায়রক্ত্রি ঙসি ফাওবা
মাবু হাৎপগী মরম্
তাক্লদ্রি ঙসি ফাওবা
মাবু হাৎপা মীশিক্ অদো।
অদুনা ঙম্‌দ্রি সরকারনা
মীহাৎপদু পুথোক্‌পা ।
পূম্নমক্ খঙ্‌ব’মা লৈ হায়
মা-দি লোইনা খঙ্‌ই উই হায় ।
লৈবরা লৈতবরা খঙ্‌দে
মানসু নোংমতা তাক্লক্তে
তাক্লকই হায়বসু থোক্লক্তে
লাইবাউকাসু ফাওরক্তে ।
কৈদৌঙৈ হৌগৎলক্কনি
কৈদৌঙৈ তাবা ফংনি ?
অশিবগী ব্রা অশেংবা
মশামক্তা হেক্ থোক্‌খিবা
ঙাইনরি লাঙ্‌তক্নবা
চোক্‌থরবা সমাজনা ।

২৫।৪।১৯৯৮ ইং

# (১৯)

# অভিসারিকা

অহিং তাংলৌ থেঙ্জিল্লক্লে
থাজসু ৱাংনা কারক্লে,
লীলাদি হৌজিক্তা হৌরি
জগোয়দি অভিসারনি ;
তূম্গন্দবী হনুবী
তূম্খিবতা মণ্ডায়রি;
বাঁসি খুৎখৎ তোয়রক্লি
ঐবু তোয়না কৌরক্লি ।
থোঙ্জিন্ নাতৈ লোন্না কাঙ্
চেন্ন-চেন্ন-ইন্নফি-ইন্
অহিং নোংয়াই ব্রজৈই লম্বী
পাংলক্লে কুঞ্জবন তম্না ।
শুক্ল জঙ্গল্ শাহিংচা 'শা
তিংখং তুম্বৌ লৈকুৎ কোঙ্গুৎ
খল্লুদে কিদে থৌশাদে
অনীংবদি মেলন্তনি ।
থৱাযনা থৱায়দা
পুক্নীংনা পূক্নীংদা
হক্চাংনা হক্চাংদা
মেলন্ খুদোন্ তম্জবা
মদুতনি পাম্জরিবা ।
লাঙ্তক্লবা খোঙ্থাংনি
নংহৌররোই মতানি
বাঁসি খোঞ্জেল লেপ্ত্রিঙৈ
হনুবীনা তূম্লিঙৈ
য়ৌহৌদবা য়াদবনি
জগোইদি অভিসারনি ।

২৫/৫/১৯৯৮ ইং

## (২০)

# চৎঙমদ্রবা খোঙ্চৎ

তিংখং তুম্বৌনা থল্লবা, মোৎলবা,
হৈরাং লৈরাং হৌদরবা লৈকংলা
বসন্ত য়েন্নীং হুন্দ্রবা লৈকোল্সে
অমোৎ-অকায় হুন্দোক্লফম্ ওইরবা ;
নম্থি-হঙাইনা থল্লবা মফম্সে
হায়খিদ্রা মসিবু ঐগীনি হায়না ?
চৎখিদ্রা কোয়খিদ্রা মসিগী লম্বী
লমদাং,লৈরক কোঙ্গাং, মী মকোক্ ছায়বা
হিংচাবনা থল্লবা, লৈখিগদ্রা
লৈকোল্সিগী মল্লবা শেগায়রবা
হোৌরবা কীন্থুরক্লবা য়ূম্সিদা ?
থিখিদ্রা লৈরিব্রা মী কৌবা জীব
মফম্সিদা হোরেল্ হয়েং খঙ্দ্রবা ?
শেগায়র' মল্ল' ফীজোন্ থাদোক্কুনা
মল্লবা কীন্থুর' য়ূম্ হুন্দোক্কুনা
খোঙ্ থাংবা হৌরে ঐ থিবৈই খোঙ্চত্তা ।
তনান্-তনান্ তরু তরু অনৌবা য়ূম্
চীক্ল ফজবা লৈকোন্ য়ায়দা লৈবা,
হৈরাং লৈরাং মরাঙ কায়না হৌরবা
বসন্ত য়েন্নীং'লক্তা তঙাং তঙাং
নামিবনা লিরি-লিরি হুম্লিবা,
খোইমুনা ঙংলিবা চেক্লানা খোংলিবা,
ওলাঙ্ ওন্শাও লৈত' অঙ্গৈংবৈ তূংনফম্

নন্দন কানন পারিজাৎ লৈরাং হৌফম্,
স্বৰ্গেই নুংঙাইবা শান্তিগী তূংনফম্,
লৈরম্‌গদ্রা, থেংনগদ্রা, ফংগদরা,
থিবগী খোঙ্‌চৎনি, খঙ্‌দ্রি লম্‌থুংফম্ ।
ঐনা তাখি মফম্ অদু য়ৌরগা
ফংলুনি মালেম্‌গী অপীক্‌পা স্বর্গ
ফুরা দলান্ হৈকোন্ লৈকোন্না থল্লবা,
নুংঙাইবগী তূংনফম্ শান্তিগী উদ্যান
মীহাৎ-মীপুন্ খৎন-চৈন' লৈতবা,
চান্ন-চিন্ন' লৈরিবা ঈং-তপ্লবা
সংকীর্ত্তন মোইবুং খোঞ্জেল্‌না নিল্লিবা,
হরিগী গুণ লেপ্লাইদনা শক্লিবা ।
অদুবু মঙ্ য়োন্‌বনদি হায়রক্‌ই—
'লৈখিদরে অদুগুম্বা মঙ্‌দুদি
অমুক হন্না ফংলরোই পৃথ্বিসিদা ,
পৃথ্বি' ৱাংমদা য়োম্থোক্লম্‌লে, কুইরে,
অনৌবা অমা অমুক্ শেম্‌খিদরে ।'
অদো, ঐগী খোঙ্‌চত্তি থিবৈ খোঙ্‌চৎনি
খোঙ্কাপ্ মঙা থাংদোক্‌পদা মঙায়রি
খোঞ্জেল্ অমা—'ঙাইখো চৎখিবা য়ারোই '
হন্না য়েংখিবদা উরি মল্লবা যুম্
কিন্থরবা, শেগায়রবা, হোরবা,
ফত্ত-হৌদি নম্‌থি হঙাইনা থল্লবা,
লৈকোল্ লৈকংলা তিংখংনা থল্লবা,
অমোৎপা লক্তা লোৎলি হাম্‌চৎনর' খরা
তরেক্ তরেক্ য়েংলি ঐঙোন্দা মুন্না,
লৈরক্ কোন্সাং' মীকোক্ ছায়বা হিংচা' না
ঙাযরি ময়া কাথোক্কুনা লাওনা
ঐনা লেপ্লী খোঙ্ থাংদোক্‌পা ঙম্‌দনা ।

২/৬/১৯৯৮ ইং

# (২১)

# শেগায়রবা ফুরিৎ

হুমাংনা চোৎলবা নম্থিরবা
শেগায়রবা, হোরবা, তৎলবা,
ঐগী ফুরিৎসে নুংশিজরবা
হুন্দোক্লম্বা তারবরা সিবু
পাম্মুই পাম্মুই খল্লুবদা ঐবু ।
তাক্খি ফুরিৎসিনা ঐ কনানো
হায়নখি ফুরিৎ অদু লীৎপদো
হংনখি লাক্লবরা ফুরিৎতো
খঙ্জদে ঐ, ঐবু খঙ্বিগদ্রা
ঐনা ফুরিৎসি লিত্তবা কান্দা ?
ঐগী ফুরিৎসিগী মচু অদো
ঐগী ফুরিৎসিগী মওং অদো
ঐগী ফুরিৎসিগী মমিং অদো
খ্বাইগা মান্নদে পূংতোপ্ তোপ্পনি
মল্ল-শেগায়' তৎলসু 'দুম্ খঙ্বনি ।
লীৎপা য়ারক্ত্রে হুন্দোক্' তারক্লে
'শিগী মান্নবা 'মসু লৈতরে,
হুন্দোক্খিদৌ পাম্মুইদা ফুরিৎসে ;
ফুরিৎ লিৎলসু লিৎত্রসু ঐদি
ঐ ময়াম্লক্তা ঐ ওইনা লৈরি ।
অদুবু ফুরিৎসি লীৎত্রবা ঐ
অতোপ্পা ওইদ্রে ঐ য়াম্লক্তা ঐ
খেন্নবা লৈত্রে ঐ ময়াম্গা ঐ
অমুক্ খঙ্লরোই ঐবু ঐ ওইনা
পাম্মুইদা ফুরিৎসে হুন্দোক্তৌবা ।

১/৯/১৯৯৮ ইং

## (২২)

# থিবা

চৎলু চৎলুবা মফম্‌দা
লৈরু লৈরুবা জাগাদা
অহিং নুংথিল্ 'তম্ পূম্বদা
হংনৈ কদাইদা লৈ ?
কদাইদা লৈ ?

হংলক্ষ্মী নোংচুপ্ তোব্বার্ন্দা
হংনরি নোংপোক্ তোব্বার্ন্দা
হংনৈ খা-ব্রাং মায়কৈ পূম্‌দা
করি লম্‌দা ফংনি ?
কৈদা ফংনি ?

অখঙ্' কনানা খুম্‌গনি ?
অহৈ' কনানা তাক্কনি ?
অশেংবা লৈফম্ নহাক্কী
তশেংনা খঙ্‌নিঙ্ঙী
খঙ্‌জনিংঙী ।

কনাদা করম্ হংগনি
করম্না নঙ্‌বু খঙ্গনি
লৈবরনে নঙবু খঙ্‌বা
নঙ্‌গী লৈফম্ খঙ্‌বা ?
নঙ্‌বু খঙ্‌বা ?

হংনরি থিরি হায়নরি,
থাজনরি 'সিনি 'দুনি,
মানি ঐনি পূম্নমক্কী,
অরেপ্পদি খঙ্‌দে
শেংনা খঙদে

লৈরি সিদা, ’দুদা, আদা,
উরুবসু য়াওদে কনা
চৎলুবসু লৈতে কনা
তারুবসু খঙ্দে ;
পাউসু ফংদে

থিরিবনি হায়রদুনা
চৎনখিনে মথং মথং
অদুবু হল্লক্তে কনা
হায়রদে লৈ-ফংলে ;
লৈতে ফংদে ।

যুগ কয়া কয়া হৌখরে
যুগ কয়া কয়া থিরক্লে
ঙসি ফাওবদি ফংদরি
হৌজিক্‌ফাও ফংদরি ;
খঙ্‌নদরি ।

আশাদি—থিখিগনি
লেপ্পা লৈত’ থিখিগনি
নোংমদি শোয়দনা ফংনি
থিবা চৎলি য়েংলি ;
থিরি চৎলি ।

থিবনা ঐখোয় পুন্‌সিনি
আশাতনা লম্‌জিংবনি
থিখিগনি য়েংখিগনি
আশাদি মাঙ্দরি ;
নোংমা উনি ।

২/১০/১৯৯৮ ইং

## (২৩)
## খোঙ্‌চৎ

‘কদায়দনো চৎলিবা
লম্বীসি কয়াম্ শাংই
করি লম্‌দম্ য়ৌগনি ?’

‘ঐহাক্ চৎলি য়ৌনবা ।
খঙ্‌দে লম্বী কয়াম্ শাংবা
খঙ্‌দে করি লম্‌দম্ য়ৌনি ?’

‘চৎমিন্ননি কনাগা
কদায়দনো লম্‌থুংফম্না
কৈদৌঙৈ য়ৌনি মদুদা ?’

‘ইথস্তনি চৎলিবা
ঙাইরম্‌নি হায় অমদি,
মানা ঐবু পুবিনি

লম্‌থুংফম্‌দু য়ৌনবা
খঙ্‌দে, কৈদৌঙৈ য়ৌগনি
খঙ্‌দে লম্‌থুংফম্’ কৈদনি ।’

‘কনানো মাবু খঙ্‌বরা ?
মাগী মমীং করিনো
করি লম্‌দা লৈবনো ?

‘খঙ্‌দে কনানো তশেংনা,
মমিং য়াম্না য়াম্মী হায়
কৌনিং কৌনিং কৌই হায়।

*কৌবা তারি ঐসু অমা,*
করি কৌনি খঙ্‌দরি,
করি হায়না কৌগনি,

হংখিবা তারি মঙোন্দা।'
'লম্বীসি শুম্‌ চৎপদা
খঙ্‌ন-চান্ন' থেংনদ্রা ?'

'ঐনা শুম্‌ উজবদি
মাঙ্‌দা চৎপা তান্ন ফংদে
তুংদা লাক্‌পা ঙাইবা য়াদে।

লেপ্পা কৌবা লৈতনা
চৎনরি নাইতোম্‌ নাইতোম্‌
ঐসু চৎলি 'থন্তা নাইতোম্‌।

য়াঙ্‌না চৎপা, তপ্পা চৎপা,
লেপ্পা য়াদবা খোঙ্‌চৎনি
শুক্লেপ্‌ লেপ্তু' চৎলিবনি

পন্থংফম্‌দু য়ৌদ্রি ফাওবা।'
'করিগুম্‌ খঙ্‌ লাক্‌পরা
লম্বীসি কৈদৈ লাক্‌ইবা ?

করি লম্‌দম্‌ য়ৌরিবা
লম্বীসি চুম্‌দ্রিং চৎপরা
কোয়না কোয়না চৎপরা ?

লম্বী লম্‌ফাং য়াম্বরা ?'
'কনাসু খঙ্‌দ্রি ঙসি ফাও
লম্বীসিগী হৌরক্‌ফম্‌;

লম্বীসিগী পোলোইফম্‌ ;
খঙ্‌ই, লম্বীসি লৈরক্লি
মতম্মা হৌরক্‌ মতমদৈ ;

লৈনি লৈরিখৈ মতম্না;
চুম্বা খোয়বা কনা খঙ্‌দে
চৎখি' মত্তা হল্লক্‌খিদে।

চৎলক্লী লৈরক্‌উঙৈ' মীনা
চৎখিনি মীনা লৈরি' খৈ।
ঐসু চৎলি লম্বী লৈরিখৈ।

চৎপগী লোইনাইদ' লম্বী
চত্তবা য়াদবা লম্বী
চত্নুনা লৈফম্ থোক্' লম্বী

অহিং নুংথিল্, নোংজু নুংশা
খাক্ত' চৎলি ঐ লেপ্তুনা ;
খঙ্‌দে কৈদা লম্‌থুংফম্না।

হকচাংদি মাঙ্‌খিবা য়াই
ঐদি চত্নুনা লৈবা তাই
ঐ পূম্বৈ পূন্নফম্ তম্না।

চৎলিবা ঐগী খোঙ্‌চৎনি
লেপ্পা লৈত' চৎলিবনি
পম্বুং য়ৌনা চৎকদৌনি

ঐগী পম্বুং ব্রাখল্ পম্বুং
মতম্না লেপ্পা মফম্‌দা
ঐগী পম্বুংফম্ ওইগদ্রা ?

২/১১/১৯৯৮ ইং

# (২৪)
## য়ূমদা হনবা

পূংমম্ মন্বা পুম্হাঙ্ হাঙ্বা মফম্দু য়ৌরে ঐ,
মফম্সিদা 'শাফাও উদ্রে, অমন্বা ওইরে ঐ,
পূম্হাঙ্ হাঙ্লে, ঐসু লৈত্রে, অহাঙ্বা ওইরে ঐ।

চহি কয়াই 'মাঙ্দনি পূম্নমক্ অহাঙ্বনি,
নুমিৎ থা চহি লৈত্রি, চয়োল্ 'কুপ্ পূংজা পোক্ত্রি
অতিয়া নুমিৎ থা থবান্মিচাক গ্রহ লৈত্রি।

ঐদি লৈরে অহাঙ্বদুদা অহাঙ্বা ওইনা,
ঐদি লৈরি অমন্বদুদা অমন্বা ওইনা,
শুম্না লৈরি ঐ মতম্ কুইনা লেঙ্দবা ওইনা।

ঈংখ্রে চীক্খ্রে, চেক্মোক্ লাউদে, পূম্নমক্ ঈং-চিকই।
ঐ অচীক্পা হৈনরক্রে, নিল্খোংবা পাম্লক্ই ;
ঐ লেঙ্দবা ওইনীংলক্রে, লেঙ্খোৎ চৎনীংলক্ই,

য়েংনীংলক্ই খঙ্নীংলক্ই অহাঙ্বা করিনো ?
উনীংলক্ই খঙ্নীংলক্ই অমন্বা করিনো ?
লাঙ্তক্নরে খঙ্নীংবনা ঐ কনা মান্বনো ?

ঐহাক্ অমন্বা অহাঙ্বদুদা কোয়চৎ চৎলুই
অহাঙ্ অমন্বদা খঙ্হৌদনা থেঙ্নাইনরুই
থেংন-তক্নরু 'দুদা মৈরিক্ মৈঙান্ থোরক্ই।

উবা ফংলেদো খেন্নবা খঙ্লে অমমম্ অঙান্
চানীং-থক্নীং অরাম্ খৌরাংনা থিরক্লে মহাও
থিন্দনা থেংনরুই মঙাল্না পুরক্পা লিক্লা।

লিক্লা মঙান্ মৈশানা লেঙ্ পোক্লে নুংশির’ মনম্
শুরক্লে পোৎচং, ৱাক্ত্রে, পাম্দ্রে অহাঙ্বা ওইবা
লেঙ্দবা ঐনা লেঙ্ য়েংনীংলক্লে করি মান্বা ।

জগত থুংনা শেম্লে, থম্লে ঐ ময়াম্ ৱাত্তনা
অহাঙ্বা লৈত্রে অমুক্ থল্লে ঐগী ঐ মক্তা
লৈরেদো ঐ ময়াম্সিগা লোয়ননা ঐ অমা ।

ঐ খঙ্ই ঐ ঙাক্তনি মখোয় ঐ ময়াম্ অসে,
অদুবু ঐহাক্কা মখোয়গদি মান্নদরে,
ঐনা পাম্না খন্বা ৱাখল্ মখোয়না খন্দরে,

ঐনা তৌবা পাম্বা থবক্ মখোয়না তৌদরে
ঐ খুদীংমক মনীং তম্লে তৌনীংবতা তৌরে
ৱাখল্ থৌরম্ মান্নদরে জগত কাংখোং চাইরে ;

ঐ ময়াম্গী মশক্ ঐ অমুক্ য়েংনীং লক্তরে,
অঙান্বা পাল্লক্ত্রে অমুক্ অমম্বা ওইনীংলে,
অমম্বা অহাঙ্বদা ঐহাক্ হঞ্জিন্বা তারে ।

<u>২/১২/১৯৯৮ ইং</u>

## (২৫)
# ঙাইবা

মানদি হায়রম্মী অমুক্ হল্লক্খিনি হায়না,
ঙাইবৈ ঙম্খৈদি য়ৌরে, হল্লক্পদি লৈতরে
লাক্লরোইদ্রনে অমুক্, হল্লক্লরোইদরনে ?

বসন্ত য়েন্নীং 'মদৈ য়েন্নীং অমা লান্খরে,
চেক্মোক্ লাউখিদরে, নাসোন্ ফাউবা তাখিদরে
নীংঙাইদনা লৈথোক্ লাঙ্তক্লরোই খনবরনে ?

ঙাইবৈ ঙম্খৈ লান্খ্রে থম্মায় মথূম্ মরাং হৌরে,
হায়নখিবা ব্রা ঙাক্ত 'সিবু, হৌনবরনে ?
ফাজিন্বা ঙম্দ্রে থম্মোয় খোয়রাং খোয়শাউনরক্লে ।

মহাক্ ওক্লবৈদমক্ অশুক্য়াম্ লাঙ্লিসিদি
লৈরাং 'তিঙা তারনি মালঙ্ খোঙ্গাওনরনি,
নীংজ' আশা কায়রবা ঐদি করম্ খাঙ্গনি ?

শেম্জরু' লৈ' নাচোম্ পূংকং কংলে মৈচম্ ওল্লে,
তক্লুনা থম্জ' চন্দন্, লোইনা কং' উফূল্ ওইরে
শেম্জরু' মেলন্ খুদোন্ কান্নদ্রে লৈমন্ চল্লে ।

ঙসি লাক্রা মরাক্তে, হয়েং য়ৌরক্রা য়ৌরক্তে,
কুম্জা অমা লাল্লফাও লাক্লি লাক্ওই খঙ্হন্দে,
চিংনবনা থম্মোয় থন্ লেন্গদরা পুন্সিসে ?

মাগী ব্বা থাজরুবা ঐগী করি ইরাল্নো ?
থাদোক্' য়াদ' করম্' অচিন্বা অমা লৈবনো ?
কুম্লাং চূপ্লা ঙাইহন্বা করি মতৌ কৌবনো ?

নোংমা নত্ত্র নোংমদি লাক্খিগনি খন্দুনা
শেম্জরু' মেলন্ খুদোন্ অরেম্বদা তাবনা
থম্মোয় লাইয়ুম্ কায়দুনা হিংখিগনি করম্না ?

মমিৎ য়াম্বা মহাক্নী করম্বা মিৎচি লাংদা
নম্থোক্ য়াদ' থুম্রবা ? মায়নৌ মিৎচি লাংদুদা
মপোক্নী হৈনজবা হোৎচিন্দুনা থুরু'দা

মশানা পাম্জ' ওইরগা ঐবু করি' ব্বাহন্বা,
ওইররোইদৌ আশাদা ঐনা করম্ লূপ্লীবা
মাগী ব্বা ঐনা করিগী অশুক্ থাজরিবা ?

খাঙ্হৈবৈ ঙম্খৈ লাল্লক্' থাজ' আশা মুৎলক্লে,
নীংবা কায়র' ঐহাক্সে অমুক্ হন্না লৈনীংদ্রে,
নীংজিং মাঙ্জিং লৈররোই পূম্নমক্ লোইরে খল্লগে ।

অদুবু মানদি হায়রম্মী—অমুক্ লাক্খিনি
হৌখি' যুগ খুদীংদা, হায়নৈ অশুম্ তৌখিবনি
ব্বাশক্ শোয়দ' ঙাক্পনি থাজদনা হল্লক্পনি ।

আশা' লোইবা নাইবরা, তাইবং' খম্বা লৈবরা ?
মীওইবনা লৈরি'খৈ ব্বাখল্' ঙম্খৈ লৈবরা
মতম্না লেঙ্দ্রবদা হল্লক্তবা য়াবরা ?

তোঙান্ তোঙান্ খোঙ্চৎ,' খোঙ্চৎ খোঙ্শান্ খেন্নবনি,
কোয়না চৎপা লম্বীনি, পূম্নমক্ চৎনরিনি ।
হন্না-হন্না চৎলিবা হল্লক্ত' য়াদবনি ।

তোঙান্ তোঙান্ চৎনবা' অমুক্তি শোয়দ' পূন্বনি,
মরক্ মরক্' পূন্বনা খোঙ্চৎ নিটি নিয়ম্নি ।
অমুক্তং পূন্বা' তমদা মেলন্ অদু ওইবনি ।

আশা পূম্বা থম্‌দুনা লেপ্না ফংনি খন্‌বদা
ঙাইরিবা মাগুম্ নুংঙাইবা, লৈ'গে মফম্ কৈদা ?
শোয়দনা থোক্লদৌর' মেলন্ অদু ঙাইবদা,

আশা কায়ফম্ থোক্‌পরা হৌনব্রা ঙাইঙম্‌দবা ?
মানা' ব্রাশক্‌খ্রবদা শোয়দনা পাঙ্‌থোক্লিবা
মাবু ঙাইবা তোক্কদ্রা' মালেম্‌সিদা ঙাইনরিবা ?

তাইবঙ্ মালঙ্‌সিদা, ঙাইবনা শিঞ্জাং ওইরিবা
শিবা হিংবা ঙাইরিবা হিরম্ পূম্' ঙাইনরিবা,
ঙাইদ' মত্তা য়াওদবা ঙাইদনা ফং' লৈতবা,

ফংনন' ঙাইবা তাবা ঙাইবনা অৱা' কোক্লিবা,
নুংগী ওইবা নুংঙাইবা ঙাইবতনা ফংলিবা
ঙাইবা তাই শোয়দনা মেলন্' নুংঙাই ফংনবা ।

২১/১২/১৯৯৮ ইং

## (২৬)
# ফজবী নীংথিবী

ফজবী নীংথিবী ! মিৎথক্লা ফজবী
নোংথাং ! অমঙ্বা নোংলক্তা কৃপ্লক্পী
চুম্থাং ! মচু তরেৎমক্লা তিল্লবী
নুংশাদা, নোংজু তুংদা থোক্লক্লীবী ।

ঈংনা ফজবী অয়ুক্ শাৎপী মাল্লিকা !
নোংদোল্ লিক্লাথক্কী মেঙ্ল' নুংশা মঙাল্,
বসন্তগী য়েন্নৌলক্কী হৈনৌ মপাল্,
পাম্জবী মায়থোংগী ঈংলবী মিৎস্না ।

শুম্ফৎপী, মেঙ্না শুম্ফৎপী নুংশি মায়থোং
তবারবী চীনবান্, খোয়থুম্নর' খোম্থাং,
শেংফাত্তনা তাখিবা থম্মোয় পাউখোঙ্,
পেন্নাইদবী য়াৱা লোইনাইদবী ৱাহং,

মেঙ্না শুম্ফৎপী, ঈংনা লম্ লৌশিন্বী,
মরোল্ লোন্বী মিৎস্না, কোয়রাওনবী মিৎয়েং,
মরৌ লৈবা খোঙ্থাং, লাপ্নীংদ ' লাপ্খিবী
চেঙ্হী মনম্ নম্বী শল্লাংদুগী ৱারী ।

লকক্ তৌবা খোঙ্থাং হন্না য়েংবা মিৎয়েং,
হুনা হুনা য়েংবা হুরান মিৎচি মিৎয়েং,
মিৎচি হাইনোক্ পাউখুম্ মরোল্ লোন্বা নায়েং,
অশুক্ ফজ' শক্তম্ মফম্ কৈদা লৈ'গে ?

*লৈরিবরা সিদৈ হেন্না ফজরবা,*
*কৈদা লৈ, কদোম্দা লৈ শিদৈ হেন্বা ?*
হায়নৈ লৈরি অমা, অসিদগী হেন্বা
হায়নৈ মদুনা পূম্নমক্তে হেল্লবা ।

উরুরবা মদো পূম্নমক্তে হেন্বা
ফজবা পূম্বদৈ হেন্না ফজরবা
লেঙ্খিদ্রে য়েংদুনা লৈখ্রে মতম্ পূম্বা,
হায়নৈ ঙম্দরে মমিৎ-মনা চোইথোক্পা।

চৎনখিবা মথং মথং মাবু য়েংবা
চৎপু চৎখ্রবা লৈত্রে অমুক্ হল্লক্পা;
ঙসি ফাও তাদরি হল্লক্' হায়রবা
উরক্লে অদো খ্বাইদৈ হেন্না ফজবা।

অদুবু চৎনরি লেপ্লা কৌ' লৈতা'
মথং মথং অমগী মথংদা অমা,
নায়তোম্ নাইতোম্ তাক্লদনা 'মনা 'মদা
কনা লৈনি য়েংনীংদবা খ্বাইদৈ হেন্বা ?

উবা ফংদবা অমম্বমুক্ ফজবা !
লৈফম্ থোক্তে অতৈ, অমা য়েংনীংলুবা
মখোয়দো অমম্ববু উবা ফংলবা;
করম্ লাক্নী ফংলবদা খ্বাইদৈ হেন্বা ।

৩১/১২/১৯৯৯ ইং

# (২৭)
## য়ারোইদরা চৎমিন্নবা

ঐহাক্ চৎপদি হৌরে
নোংমগী খোঙ্চৎ লোইরে,
নিনিতগী পুন্সিনি
হৌজিক্ ঐ লম্বীদনি।
মাদি ঐগী চান্নবী
মিকুপ্সিফাও চৎমিন্নরি ।
লম্বী লম্দাং অমদা
তোখাই তোখাই চৎনৈ হায় ।
অদুম্না তৌ’ তারবা
ইথস্তা করম্’ নায়তোম্
কনাঅমা য়াওদনা
ইতেং পাংবীন’ লৈতা
ৱারী শাফম্ য়াওদনা
শাংল’ লম্বী’ তুমিন্না
করম্ ইদোম্ চৎসিগে ?
লম্থুংফম্সু খঙ্দনা
করম্ তৌ’ চৎকদগে ?
লম্খঙ্দ্র’ লম্দৈ লাক্পা ঐ
লম্খঙ্দ্র’ লম্দা চৎতৌ ঐ
লাক্ই, ইথস্তা নায়তোম্
চৎকদ্রা ’থস্তা নায়তোম্ ?
য়ারোইদ্রা ঐখোয় অনি
চৎমিন্নবা পুল্লপ্না ?
লম্মাংনরসু পূন্না
মাঙ্মিন্নবা ঐখোয় ’নি ।
ঐখোয়’নিবু শুরবদি
থুংলু’ মফম্ লম্থুংনি
ঐখোয়নিগী ইয়ূম্নি ।

৩১/১২/১৯৯৯ ইং

## (২৮)
# অপূনবনা তাইবংনি

নক্‌শিন্নবা তিন্নবা য়াইফবগী মরুনি,
তোখাই তোখাই তানবা অৱাবগী হৌফম্‌নি,
নাপীই মপাল্ কৈনা তাং কৈ' মপাল্ নাপীনা তাং
হিংনরিবা জগত্‌নি অমনা 'মৈ মতেং পাং ।
মনীং কল্ল' থরোইফাও ৱাবা লৈতে পূন্না লৈঙৈ
ৱামিন্নবা পূল্লপ্পা অৱা-পোৎলুম্ য়াংবনি,
হেন্না মথোই কাবনি পূন্না হরাওমিন্নঙৈ,
অপূন্‌বনা জয় ওইবা শোয়ফদ্রবা ৱাফম্নি ।

তোখায়না লৈর' ফগদরা খল্লুই ঐখোয়না
অপূন্‌বলক্তা চৎঙম্‌দবনা চাং মান্ননা ;
মশীং য়াম্বা কাঙ্‌লূপ্পা য়াম্‌দ' কাঙ্‌লুপ্ নম্‌থবা,
মশাই হেন্না য়েংবনা মালেম্ চৎন' ওইরিবা ;
অচৌ' লক্তা অপীক্‌পা অয়াম্ লক্তা য়ামদবা,
য়ামদবৈ ওইজবা শীৎ অপীক্‌পৈ ৱানিংঙাইনি,
খোয়দৌ শীক্' লৈদৌ শরুক্ ফত্তবরা তোপ্পা লৈবা ?
তোখাই তানা ঐ ওইনা ঐগী শরুক্ তান্‌গনি ।
অপীক্' কয়া পূন্‌শিন্‌খ্রে, মালেম্‌সু 'মত্তা ওইরক্লে,
পূন্না শরুক্ তান্নখ্রে অপূন্‌বনা জয় ওইরে ।
নায়তোম্ তারুবা কয়া তোক্লে নামা শিত্তুনা,
দাবী শরু পান্দরে, ঙম্‌দ্রে নায়তোম্ মূক্লরুবা ।
পূল্লসু ঐ ওইবা নায়তোম্ তারসু ঐ ওইবা
ঐ ওইনা লৈবা ঙম্বা মদুনি তান্নরিবা;

ঐবু ওইনা লৈরবা নক্শিন্নবা তিন্নবা,
'মত্তা ওইনা পূন্দুনা পূন্না হক্ তান্মিন্নবা
য়াদবা লৈতে ঐ লৈরিমখৈ ঐ ওইনা ।
নক্শিন্নবা তিন্নবা য়াইফবগী মরুনি
অমৈ মতেং 'মনা পাং হিংমিন্নরি' তাইবংনি;
চান্ন-চিন্না লৈমিন্না' নুংঙাইবগী তূংফম্নি ।

অপীক্' কয়া পূন্শিন্খ্রে মালেম্সু 'মত্তা ওইরক্লে,
পূন্না শরুক্ তান্নখ্রে অপূন্বনা জয় ওইরে,
নায়তোম্ তাবা মাঙ্বনি অশিবগা পাংখক্নি
অপূন্বনা হিংবনি অপূন্বনা তাইবংনি,
হংলুদনা পীরক্পা নিরুদনা ফংলিবা
খৎনফম্ থোক্প্রা য়েন্নবা ? কা হেন্না পাল্লুবা
শরুক্তে হেন্না মিহৌবা কায়নবৈ মরুনি,
খৎনবগী মচাক্লি তোখাই তোখাই তানবনি ।
ঐগী হক্ মাঙ্দরবা লৈরিমখৈ ঐ ওইনা
য়াদবা লৈতে ঐ লৈমিন্নবা পুল্লপ্ পূন্না,
নায়তোম্ তাবা মাঙ্বনি অশিবগা পাংখক্লি
অপূন্বনা হিংবনি অপূন্বনা তাইবংনি ।

২৩/২/২০০০ ইং

## (২৯)

# পূমহাঙ্‌ হাঙ্‌লমদাই

নীংশিংলক্‌ই মতম্‌ অদো
ঈংনা চীক্লা লৈজরম্বা
মরাং কায়র' তাইবং' মদা ।
হল্লক্‌খিদ্রা মদো অমুক্‌ ?
নিংথৌ অমা পাল্লম্মী
হিংবগী মহাও লৈরম্মী
শিবগী মমল্‌ য়াল্লম্মী
মিকপ্‌ মীরাও তারম্‌দে ;
ব্রারে হায়না লাউরমদে।
উদা ব্রাদা তোংদুনা ।
লিক্লোল্‌ লাইয়ুম্‌ মপান্দা
তারম্মী —'হাপ্‌চরগে দোনা' ।
মেরা থাওমৈ পরেংনা
আকাশ মৈবুল্‌ পাইরম্মী ;
হিয়াং তান্নবৈ হিরাউখোল্‌
ক্বাক্‌ তান্‌বগী শগোল্‌ পাউ—
রাবন কাপ্লে নোংমৈ' খোল্‌ ;
লম্‌তা থানিন্‌ থবল্‌দা
শাবীগী খুত্তা শানৌনা পায় ;
শিব খল্লোং মপূং য়ায়
হরাউ মথোই কারম্মী ।
শজিবু লৈথোঙ্‌ ফাংপদা
অখঙ্‌ অহৈ য়েংনরম্মী
কুম্‌গী কুম্‌দম্‌ লেপ্লম্মী ।

লম্‌জাও ছোরোক্‌ পরীংদা
‘হরি হে নারায়ন
রাম কৃষ্ণ নারায়ন’
লল্লান্‌হৈদে লাইমাঙ্‌দা
লাউনরম্মী চেক্‌শিল্লু ।
লৈজ’ খরনা পেন্নবা
অওইবমক্‌ স্বর্গনি,
হরি ধ্বনিনা থল্লবা
সংকীর্ত্তন্‌গী খোঞ্জেল্‌না,
মোইবুং খুফাং লোয়ননা ।
মীগী মমল্‌ ব্রাংলম্মী
হিংবগী মহাও লৈরম্মী ।
তেল্ল’ পুন্‌সি মনুংদা
নিনিতগী অহিংদা
পূম্নমক্‌ ওম্না মাঙ্‌খিবা
কল্লক্‌ইকো খল্লু’ দা ।
উখিদরে নিংথম্‌ উল্‌
কংখরেনে ব্রাইথৌপাৎ
ফাখিদরে মেরা ওাতোল্‌
তাখিদরে কপত্রেং খোঞ্জেল্‌ ।
লৈকংলাদৈ শীৎলক্‌পা ‘লূ’
হুম্‌জিল্লক্‌পা নোংলৈ নুংশিৎ
কৌজেং হারৌ মপৈনা
চীংলোন্‌ লান্না পাইরক্‌পা—
অকন্‌বা নোংলৈ নুংশিৎনা
হুম্‌দোক্‌খরে ’মত্তা ওইনা
অঈং-অতপ্‌ পুন্সি’ মমল,
মরাং কায়বা থক্‌সি খাসি ;
কৌজেং হারৌ মপৈনা
লৈকোল্‌ থন্না লৈরম্বা
চীকথৎখরে অনৌ’ য়েন্নীং,

চীং-তম্ থক্ থক্ নীক্লে
কাং খোং চাইরে অপীক্’ স্বর্গ;
ওলাং-ওন্শাও লৈফম্ খঙ্দ্রে
হিংবগী মহাও মাঙ্খ্রে
মীগী মমল্ কদায়দা ?
নীংশিংদবা ঙম্দে হেক্তা
মহেঞ্জোদারো হারাপ্পা
ক্রীত্, মিশর, বেবিলোন্ ।
হিংখিদ্রা লির’ সভ্যতা
চাউথোক্চারিবা ঐখোয়না
হিংবৈ মমল্ লৈত্রবদা
থক্সি খাসি মাঙ্খ্রবদা ।
অওন্-অহোং নিটিদা
অপাম্বৈই লোইনাইদবা,
মদু ফংন-তানবদা
হৌনা লোন্চৎ মাঙ্লবা
অফ-ফত্ত খন্দ্রবা,
ক্রক্ ক্রক্ ঈন্নরক্লিবী
’ব্রাৎপতনা থল্লক্লীবী
মপোৎ লূন্নবী পৃথিবী
লুথোং থারম্দাই য়ৌদুনা
মাঙ্লম্দাই মতম্’ মগী
হৌরবরা অধিবাস ?
কবি শেল্লী লাইফাওদি –
“নিংথম্ কাম্বী য়ৌরক্লে
বসন্ত য়েন্নীং থাপ্লরোই ”
চুম্খিগদ্রা হৌজিক্ ফাও
তাইবঙ্গী অরোই নুমিত্তা
ঋতু পুষ্পা লূপ্খ্রবা
পূম্হাঙ্ হাঙ্লম্দাইসিদা ।

২৪।৪।২০০০ ইং

## (৩০)

# যুগ ওন্‌বা

মীওইবা সমাজদা
ঐ, নঙ্, মা নত্তবা,
অতৈ অমা লৈবরা ?
যুগ কয়া হৌখরে
যুগ কয়া লাক্‌খিনি
অহোংবা করি লৈবরা ?
ঐ, নঙ্, মা নত্তবা ?
হায়বা ঙম্‌দে কনা
সমাজ করম্ হোংলিবা ?
সমাজদি হোংই হায় ;
অওন্‌বসু ওই য়াই,
অওন্‌বা করম্ লাক্লিবা ?
মালেম্‌সিদি হোংদে
জগতসিসু লেঙ্‌দে
হোংলিবদি নঙ্, ঐ, মা ।
য়েল্‌হৌ ঙৈদে লৈরি
নুমিৎ থা থোক্‌লি
থব্রান্ মিচাক্ তগুপ্ তরেং ।
নোংজু নুংশা কায়দ্রি
মনা মশীং হৌরি
অথোই অহেন্ নাইবতা ।
মৈগী মৈশা হন্দ্রি
নুংশিৎ শিৎপা লেপ্‌ত্রি
অথোই অহেন্ নাইবতা ।

যুগতি ওল্লে তায়
মীপূম্ খুদীংনা হায়
ওল্লিবসি কদাইদা ?
হোংলিদি নঙ্, ঐ, মা
ওল্লিদি ঐ, নঙ্, মা
উদে অসি নত্তবা।
ঐনা ঐগী হেন্না
নঙ্না নঙ্গী হেন্না
মহাক্না মাগী হেন্না,
ঐনা নঙ্গী য়েংদা'
নঙ্না ঐগী খন্দা'
ঐনা মাগী য়েংদবা
নঙ্না মাগী খন্দা,
মানা নঙ্গী উদা
যুগ অমা ওন্বদা
অহোংবা সমাজদা
হোংলিবা সিতরা
অতৈ অমা লৈবরা ?

২/৭/২০০০ ইং

# (৩১)
# পাওহোম্জরি কোম্বীরৈ

য়েন্নীংথাদা অদুঙৈ
মৈদিংঙুশিংনা পাল্লিঙৈ,
লম্ফেল্ পাৎকী কোম্বীরৈ
লৈকা ফন্না শাৎলম্বী
মশোং চাউনা লৈরম্বী
মনীং মখা তল্লম্বী,
শাবী শানৌ কয়াগী
থম্মোয় ঈরাং হৌরম্বী
য়েন্নীংথাগী চান্নবী
কদায়দা লৈখ্রে, কৈদা
উখিদরে লম্ফেল্দা
লোৎখ্রবগে কদায়দা ?

'য়েংউ অসে আ-দৈসে
থোঙাক্ লাইরেম্' ঙম্য়াসে
মা-নি অসে কোম্বীরৈ;
নাইতোম্ তরক্ লেপ্লীবী
য়াঙ্গংলবী মহাক্লী
মতম্ নুংশিৎ য়ৈরবী;
কুচু ওল্লে ফিভম্ কায়রে ।
মচিন্ লেঙ পাওহোল্লি মাল্লে ।
মানি তশেংনা তা-রে
'ইতা পেম্চা লৈত্র'তুং
মৈদিংঙুনা থৃপখ্র'তুং,
তৃ-খোং ঈরম্ খোংবান্ ফুন্

উ-ব্রা মোংশোং য়াম্থুৎ-ককথৎ
চীং-চীংমায় কয়া তেম্খায়,
চেক্কী নূংগী য়ূম্ কয়া
থাজিল্লরে লম্ফেল্ পাৎ
ফুন্খ্রে লম্ফেল্ ওইদ্রে পাৎ
থল্লে মীরান্গী উৎ-পাৎ ;
মীরোল্ ইরোল্ তিন্নদা
ইবুং ইপব্রা নত্তবা
শক্ খঙ্দবা লম্লান্বা,
তিল্লরে মফম্সিদা
কোম্বীরৈবু খঙ্বিদবা
লৈত্রে ঙাক্পী শেন্বীনবা ।
ঙক্শম্ লাক্লা ইম্থোক্পীরে
ইয়ূম্ পাৎতৈ তাম্থোক্পীরে
ননাও ঐ লৈফম্ লৈত্রে
লাঞ্জেন্নরে লৈফম্ খঙ্দ্রে
চঙ্জফম্সু ফংদরে
কোন্বীনবা কনা লৈত্রে ।
ঐগী মত্তা পাম্বোম্ তিংলম্বা
শাবী কয়া ইবুং ইপব্রা
লাক্খিদরে কনা 'মত্তা ;
মখোয়সু ওইখ্রবরা
মীরোল্ লোন্বা লম্লান্বা
লৈবাক্ ব্রাবু কাউজন্ থীবা ?

তম্বীরু নঙনা মখোয়দা
ইরৈবাক্চা ইবুং ইপব্রা
ইমা লৈবাক্ কন্বা পাম্বা
লাউজরি কোম্বীরৈ ঐনা
পাওমেঞ্জরি থম্মোয় শোক্লা

থেঙ্থদ্রিঙৈ কলহৌনবা-
‘হে কারাম্ চাওবা মীওইবা !
খঙউ, খল্লু নখোয় পূম্বা
নখোয়তগী নত্তে মালেম্—
ঐগুম্না কয়া মাঙ্খ্রবা
মথং মথং মুৎখ্রবা
তুম্লবদা উ-ৱা পূম্বা
নখোয়সু ঙম্লোইকো লৈবা,
মালেম্সিসু ফজরবা
মুৎখিনিকো নোংমা শোয়দা ।

১১/৭/২০০০ ইং

## (৩২)
# রোবোৎ - হংলাই

‘ইবোয়ায় ! নঙ্’ রোবোৎশিংসে ইচাই চাইরে
কদাইদৈনো নোংমৈ পায়বা হংলাইশিংসে ?
চৎনীং চৎনীং চৎলে মায়কৈ শলাই খঙ্দ্রে,
লাক্ল-ফান য়াদ্রে লৈরক্ কোম্সাং থল্লে ।’
‘কাকা ! মখোয় ব্রায়ার তৎলে, বেত্রী য়াদ্রে
থক্সি খাসি য়াওদ্রে খুৎলাইনা ঙম্লে ।’

তশ্বৈই শরুক্ ব্রাৎ, থক্সি খাসি লৈতা
হিংচা য়াইতম্ ওই, অনীং অনীং তৌবা
মখোয় রোবোৎনি চাবী থার-চৎলিবা ।
মমিং মথা লৈত’ মশীংতমক্ ওইবা ।
মখোয় ওইরে হৌজিক্ থৌরী তৎল’ হংলাই ,
নুংশিৎনা হুম্বা মায়কৈদা চৎলি মখোয় ।

‘খুর্জি পায়রম্বা হংলাই থৌরী চিংলম্বা
ইবোয়ায় ! হায়য়ু নমান্নবশিংদা—
হংলাই কৈথেল্ কারিবা স্বর্গসিদা
ভুৎ শান্ন’ মীবু ভুৎনা নম্বা লম্সিদা,
থক্সি খাসি ব্রাৎল’ মপু মশক্ খঙ্দবা
রোবোৎ হংলাই কয়া লৈরে লম্দম্সিদা ।

২৫/৭/২০০০ ইং

# (৩৩)
# নঙ্তদি লাক্লী

অদুঙৈ নোংমা লাক্খিদো নঙ্না
ঐগী যূম্দা উনানা কূপ্লবা,
লোত্তুনা লৈজবনি ঐ থাপ্না
মীনা য়ৌঙম্দ্র' শোঙ্ল' মোংশোংলক্তা।
মীরক্তে তান্থোরক্লে সমাজদৈ
হন্না ফাও' য়েংবিদ্রে কনামত্তা ;
নঙ্তনি লাক্খিবা নুমিৎতুদা
থেংনখি ঐগা খাংপোক্ থোঙ্জিন্দা।

মকুপ্ মপাং, নুঙাইরি' কল্লিঙৈ'
শাগৈ-নাতৈ-ঙাই য়াইফ-মরাং কায়রিঙৈ'
কৈদা কদোম্দা তুর-তার-কাল্
মোমোন্ মীনোক্ কৈদা পোক্-থোক্ য়া-লাং কাল্
নঙ্তদি লাক্লী থিরক্লি হূম্দুনা
কোচিন্-কোয়া, য়ৌরক্লি শোয়দনা।

১/৭/১৯৮৮ইং

## (৩৪)
## হে শুরগী মবুঙো

অদুঙৈ স্বর্গদা শঙ্কর-নারদ ঈশৈ ফাংনৈ,
শঙ্কর শুক্ষাৎ শৈহেক্’ ওইহনখি নঙ্ গঙ্গা লাইজ,
গোকুল্ কহ্নৈয়া মুরুলী খোম্খি ষণ্বী ষন্নাও
লেপ্হনখি যমুনা ঈচেল্ থুগাইখি গোপী’ শন্নুন্ ।

মায়থিখি বিদ্যুতবুঢ়ন্ জয়দেব পদ্মা শৈহেক্তো
লক্ষ্মন সেনগী সভাদা পদ্মাবতী শৈহেক্লো
পুরক্খি হিয়াম্ তোর্ব্বান্ লান্না, বসন্ত রাগদা
জয়দেব, চোংহনখি ময়োল্ কেল্হনখ্রবা বুঢন্না ।

মোগল আকবর সভাদা দিপক্ রাগ মৈহৌনা
চাক্হনখি মিয়া তানসেন, কনখি মাবু তানিনা
মেঘ মল্লার নোংলীক্লা ; দেবদত্ত-পঞ্চজৈনা
মাঙ্হনখি মালেম্ য়েক্লবা কুরুক্ষেত্র লান্ফম্দা ।

হে শুরগী মবুঙো ! লেঙ্থরক্লো মালেম্দা
শেংদোক্পীরো মোংল’ মালেম্ নঙ্গী শুক্ষাৎ শুরনা।

১।৫।১৯৯২ ইং



শ্রী এলাংবম সোনামণি সিংহ (১৯২৫- ), কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়দা এমঃ এঃ পাস তৌরগা ধনমঞ্জরী কালেজ, ইম্ফালগী প্রোফেসার ওইনা থবক তৌবা হৌরগা, সিভিল সার্বিসতা আইঃ এঃ এসঃ ওইনা থবক্তগী পোম্থাখি।

সমাজ সেবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তৌজরকই। সাহিত্য অমসুং কলচরগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনজরকই। অইবা অসিগী হৌজিকফাওবদা অনুবাদ থারগা লাইরিক কুল্রা হেন্না ফোঙখ্রে। মহাক্কী 'মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা' হায়বা রারী মচাগী লাইরিক অদুদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল অমসুং নেসানেল সাহিত্য একাদমী, নিউ দিল্লীগী সাহিত্যগী এরার্ড ফংখি।